# ৱাহৌদোক

ঐখোয়গী পূন্সি খোঙচৎ অনিমক্তা য়াইফবা ফংনবগীদমক প্রোফেটকী পাউতাক তুংইনবা য়াম্নমক দরকার লৈ। হজরত মুহম্মদ(ছ)গী হদিসশিংগী (ৱাহৈশিংগী) মনুংদগী ঐখোয়গী নোংম-নোংমগী পূন্সিগী হিরম -থৌরম কয়াদা থোইদোক হেন্দোক্লা দরকার ওইবা ২৫৫(চনি য়াঙ্খে মঙা) খক্তং খনগৎচরগা মণিপুরী লোন্দা তোল্লবা ঐনা হন্দোকচে। হদিস অসিবু পাউদম্বীরম্বা হজরত(ছ)গা লোয়নবীরম্বশিংগী মমিংশিংবুসু পন্দুনা ইজবা লাইরিক মচা অসিবু **"হদিস নাচোম"** হায়না মিংথোনজে। অল্লাহগী রসুল(ছ)গী হদিস পূম্নমক ইবুংঙো মঙোন্দা অল্লাহনা থাবিরকখিবা **" কুরআন শরিফ"**কী শন্দোকপা ৱারোন্নি, অদুগা কুরআনগী হৌরকফম্না **"সুরা ফাতিহা"**নি হায়বা অশ্বঙবা পূম্নমক্কা য়ানরবা ৱাফম্নি। কুরআনগী অহৌবা শরুক **"সুরা ফাতিহা"** বু কুরআন অমসুং হদিসকী মমানি হায়বা ৱাখল থমজরগা লাইরিক অসিগী অহানবা পারাদা **"সুরা ফাতিহা"**গী মণিপুরী ৱাহন্থোক অমসুং শন্দোকপা অর্থ ইজে। হজরত(ছ)গী হদিসশিংবু খোঙলোয়নবনা অফবা পূন্সি মরেল ফংনবগী হৌজিক্কী অমসুং তুংগী মীরোলশিংগী লমজীং-মৈরা ওইবনা লাইরিক অসিবু পাবিরিবশিংনা, থোইদোক্লা নহারোলশিংনা চাওনা কান্নবা ফংগনি খনজে। লাইরিক অসি ফোংদোকচবদা তেংবাংবিরকপা পূম্নমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচরি, লোয়ননা পাবিরিবশিংনা করিগুম্বা মখলগী লাম্বা থেংনবিরবদি চুমথোকপীরকপদা তরাম্না লৌজগনি। তোল্লবা ঐবু অমদি লাইরিক অসিবু পাবিরিবা পূম্নমকপু মপুনা থৌজলবিসনু।।

অলহাজ নিজামুদ্দিন

# থাগৎৱাহৈ

" **অলহমদু লিল্লাহ,** " অল্লাহ তআলানা ঐখোয়বু অচুম্বা লম্বী তাকপীনবগীদমক্তা হজরত মুহম্মদ(ছ) দুনিয়াদা থারকখি। অল্লাহগী রসুলনা ঐখোয়বু পোকপদগী শিবা ফাওবদা তৌগদবা থবকশিং, ঙাঙগদবা ৱাঙাঙ-শঙাং, চৎকদবা লমচৎ-শাজৎ, আদব-ব্যেবহার অমদি য়ুম্বাল্লোনগী মতাংনচিংবা ৱারম খুদিংমক তাকপীরম্লবনি। অল্লাহগী রসুলনা দুনিয়াদগী খোঙশানখ্রবদা ঐখোয়গীদমক্তা মরুওইনা পোৎলম অনি থম্বীরমই মদুদি কুরআন অমসুং হদিসনি। মসিবু খঙজনিংবা মীওই কয়ানা অরবী ৱাহৈ-ৱাহৈশিংগী অর্থ খঙজদ্রবসু উর্দ্দুদা নত্রগা ইংরেজীদা অর্থ হন্দোকপা লাইরিক কয়া লৈরবনিনা লাইরিকশিংদু পারগা খঙননবা কন্না হোৎনৈ। অল্লাহনা মখোয়বু চুম্না খঙহনবা ওইসনু। অলহাজ মুহম্মদ নিজামুদ্দিননা ইংরেজীদা অর্থ হনবা লাইরিক Sayings of Muhummad (s) হায়বদু "হদিস নাচোম" হায়না মিংথোন্দুনা লাইরিক অসি মণিপুরীদা অমুক অর্থ হন্দোকপনি। লাইরিক অসি ঐনা পাজরে। মীয়াম্না পাবদা য়াম্না কান্নবা ফংগদবা হদিস ঙাক্তনি। অল্লাহনা মহাকপু দীনগী থবক্তা মরম চানা খোঙদাহনবগী পাঙ্গল পীনসনু।

মৌলানা অলহাজ মুহম্মদ জিয়াউদ্দিন
পেশ ইমাম, জামে মসজিদ, ইম্ফাল

# Contents

# Contents

## সুরা ফাতিহা

হৌজরি অল্লাহগী মিংদা, থৌজালহৈবা, নুংশিহৈবা।

১। থাগৎচবা পুম্বা অল্লাহগীনি, মপুনি সংসার পুম্বগী,
২। খ্বাইদগী থৌজাল হৈবনি, নুংশিহৈবনি,
৩। মপুনি ৱায়েল বিচার নুমিৎকী;
৪। লাৎচে ঐখোয়না নহাক্তবু অমসুং নীজে
ঐখোয়না নংঙোন্দগীতা তেংবাং।
৫। লমজিংবিয়ু ঐখোয়বু অচুম্বা লম্বীদা —
৬। নহাক্না চানবিখ্রবশিংনা চৎখিবা লম্বীদা,
৭। নত্তে নহাক্না শাউবিখ্রবশিংনা চৎখিবদু অমসুং
নত্তে লম্মুক্লবশিংনা চৎখিবদু।



بسم الله الرحمن الرحيم

الحمد لله رب العلمين ۝ الرحمن
الرحيم ۝ ملك يوم الدين ۝ اياك نعبد
واياك نستعين ۝ اهدنا الصراط
المستقيم ۝ صراط الذين انعمت عليهم
غير المغضوب عليهم ولا الضالين ۝

কুরআনগী অহানবা সুরা হায়বদি অহৌবা শরুক অসিগী শন্দোকপা অর্থ :

আয়াত, হায়বদি খুদম, তরেৎনা শাবা সুরা অসিবু 'থাগৎচবা', 'তৌবিমন উৎপা', 'থৌনিজবা' অসিনচিংবা তোঙান-তোঙানবা মিংথোন পীনৈ। অদুগা সুরা অসি, তশেংবমক, কুরআনগী মমানি হায়না লৌনৈ, মরমদি কুরআননা তাকপা ইসলাম ধর্মগী পাউতাক পুম্বা সুরা অসিগী শন্দোক্লবা ৱাহৈশিংনি, হৌরকফমদি সুরা অসিমক ওইরিবনি। মসিগী অহানবা তঙ্খাই অমা অল্লাহগী মতিক মগুন থাগৎপা অমদি তৌবিমল খঙবা উৎপনি। অদুগা অনিশুবা তঙ্খাই অমনা অল্লাহদগী ঐখোয়দা থৌজাল পীবিনবা নীজবনি।

অপিকপা মীনা অচৌবা মীবু থাগৎনৈ মরমদি অচৌবা মী অদুনা পেনবিদুনা মঙোল্পা মীনুংশি অমদি থৌজাল পীবিনবা। মতৌ অসিগুম্না অল্লাহগী মতিক মগুনবু মনাই ওইবা ঐখোয়না মতম লৈবা খিবিক্তা থাগৎচে, থাগৎফমসু থোকই। অল্লাহগী মতিক মগুনবু শোন্বগী অমদি থাগৎলকুবগী বাহে কয়া কুরআনগী তাঙ্কক কয়াদা অল্লাহনা তাকপীরি। মহাক্কী মতিক মগুনবু শক-শোনজবা অমদি থাগৎচরগা ঐখোয়না মহাক্কী মপান নাইদ্রবা থৌজাল অমদি মীনুংশি ফংগনি। অল্লাহদি জগৎ পুম্বগী মপুনি, মহাক্না সংসার পূম্নমকপু ঙাকপি-শেনবিরি। মহাক্না শামান-লেংমান্নবা কনা লৈতে। অল্লাহ নত্তনা ইসলাম ধর্ম্মদা মপু অনি মরিগী মফম লৈতে।

অল্লাহগী থৌজাল অমদি নুংশিহৈবা মীওইবগী বাহৈনা শীংথাবা লোইবা ঙম্রোই। মহাক্কী মান্নবা মীয়েংগী থৌজালবু সংসারগী অফবা, ফত্তবা, অপিকপা, অচৌবা খাইদনা পূম্নমক্না মান্ননা ফংই। নুমিৎ, থা, থবান্মীচাকনচিংবা পোৎশকশিং অসি অহিংবা জীবশিংনা হিংবদা মতেং ওইননবগীদমক অল্লাহনা মান্ননা পীবিরি। ঙমখৈ লৈত্রবা অল্লাহগী থৌজালবু ফংজরিবসিগী মথক্তা থোইদোক্না ধর্ম চেনবা মীদদি অখন্নবা অল্লাহগী থৌজাল অমসুং মীনুংশি ফংহনবিরি। অল্লাহগী চাংদম্নিঙাই লৈত্রবা থৌজাল অমদি নুংশিহৈববু শক-শোন্দবা, থাগত্তবা মীদি তৌবিমন খঙদবা মীশক্নি। তৌবিলন খঙদবা মীগী মফমদি পীকই। অল্লাহগী থৌজালবু অহিং-নুংথিন অনিমক্তা থাগৎচবনা মপু মাগী তৌবিমন খঙবা উৎপা ওইগনি।

ঐখোযনা লৈরিবা সংসার অসিনা অরোয়বা নত্তে। মীওইবগী তেল্লবা পূম্নিনা সংসার অসিদা খোঙদাবসিদি কৈথেল কাবগুম্বনি। শিরবা মতুংদা লোম্বা নাইদনা লৈরুগদবা অনিশুবা সংসার অদুদা অল্লাহ খক্তনা বায়েল বিচার তৌগনি। বায়েল বিচারগী নুমিৎকী মপু মহাক্না অচৌবা মনা পীবিনবগীদমক হৌজিক্কী সংসারগী তেল্লবা পূম্নিদা ঐখোয়না অফবা থবক তৌফম থোকই। কনা কনাদগী মতেং ফংলরোইদবা বায়েল বিচারগী নুমিৎ লাক্কনি। বায়েনবিগদবা মপু মহাকখক্তবু অকি-তুজুংবগা লোয়ননা চেংনা থাগোম্নজবা তাই। বায়েল বিচার নুমিৎকী মপু মহাকপু মতম পূম্নমক্তা নিংশিংননবা কুরঅন্না পাউতাক পীবিরি।

মনাইনা মপুবু লাংচবা, খুরুমজবা হৌনশানি। পুন্নমক্কী মপুদি অল্লাহ খক্তা ওইবনিনা মহাকখক্তবু লাংকদবনি হায়না ইসলামদা হায়। মপুগী খুৎশেমুসু ঐখোয়না লাংলবদি মপু মশীং য়াম্নগুম খোক্লগনি। অদুম্না তৌরবদি ঐখোয়না অল্লাহবু ফংবা ঙম্রোই। অল্লাহখক্তবু লাংলবা অমসুং মঙোন্দগীতা মতেং নীজনবা কুরআন্না পাউতাক পীবিরি। অল্লাহখক্তবু নক্তনা মহাক্কী খুৎশেমুসু লাংলুবগীদমক নুঙাইতবা মওংদা পুন্সি ঈখন্নখিবা মীগী ৱারী পৃথিবীগী ইতিহাসনা সাক্ষীনি। প্রোফেট জকরিয়াবু মহাক্কী য়েরুবশিংনা হাংকদবগী তান্নরকখি। শিনিংদ্রিবা প্রোফেটনা হিংননবগীদমক য়েরুবশিংনা ফংদনবা কন্না চেন্নকখি। মমৈখংদা য়েরুবশিংনা লাঙ্গোই চনখ্রবা, চেন্দুনা লোৎফম লৈরক্তুবদা উপাই লৈত্রবা প্রোফেট জকরিয়ানা মাংদা হৌরম্বা চাওরবা উপাল অমদা হায়জরকখি — '' হো! উপাল কৌবা নহাকপু! ঐবু নুংশিবিদুনা ঐগী থৱায় অমুক্তদি কনবিয়ু!'' ইখঙ খঙহৌদনা উপাল অদুগী চাওরবা মউ অদু লাউনা চিংখাইরমই। উপাল অদুগী ময়োলগী শরুক অদু লাউনা শাংনা হোরমই অমসুং খুদক্তা প্রোফেট জকরিয়ানা উপালগী অহোবা শরুক অদুদা চংদুনা লেপ্পমই। অদুদগী উপালগী মউ অদু হান্নগুম্না ওইসিনখিরমই। হৌজিক্তি প্রোফেট জকরিয়া য়ৈখাই-থিঙ্গাই লৈতনা লৈরে। য়েরুবগী মীওইশিংদুনা, মখোয়গী মাংদা পঙথাপ থাপ্তুনা খঙহৌদনা মাংখিবা অদুদা প্রোফেট অদুবু কোইথি-থিবা হৌরকপদা অফবগী য়েরুবা ওইবা শৈতান্না মীগী শায়োন লৌরদুনা প্রোফেটকী লৈফম তাকখোকখি। য়েরুবশিংদুনা অচৌবা, খৌরবা হোরাইনা হৌরিবা উপাল অদুবু য়ুংনা খায়দুনা প্রেফেটপু থিবা হৌরকখি। উপাল অদুগী মউবু অসুম অসুম খায়রকপনা প্রোফেট জকরিয়াগী কোক্তা খৌরবা হোরাইগী ময়ানা শোক্লকপদা প্রোফেটনা লাউরকখি— ''আ: থৱায় থাবা তারবকো!'' খুদক অদুমক্তদা অল্লাহগী দুত জিব্রীলনা প্রোফেট জকরিয়াগী নাক্তা লাক্তুনা অল্লাহগী মপাউ তমখি —'' হো! জকরিয়া, নহাক্কা আ: হায়বা খোঞ্জেন অদু অনিরক হন্না খোক্লকপা তারবদি প্রোফেট অমা ওইবগী নহাক্কী মিং ককথৎলগনি হায়না অল্লাহনা নংঙোন্দা খঙহল্লকই।'' জিব্রীলগী ৱাহৈশিংসি তারগা প্রোফেট জকরিয়া নীঙত্রকখিদ্রে। মহাক্কা মশাগী থৱায়বু অল্লাহদা কন্নীননবা হায়জবগী মহুত্তা উপালদা হায়জরুবগীদমক অল্লাহনা মহাকপু শাউবিরে

হায়বা খণ্ডলক্লদুন্য প্রোফেটনা মহাক্কী মন্নাল কোকপীনবা অল্লাহদা হায়জখি য়েক্লবগী হোরাই-ময়াদা ঈখমুখিবগী মাংওইননা। অল্লাহখক্তবু লাৎচবা অমসুং অল্লাহখক্তদগী মতেং নীজগদবনি হায়না কুরআন্না তাকই।

মীওইবনা চৎপা য়াবা পূন্সি লম্বী অনি থোকই — অচুম্বা লম্বী অমসুং অরাম্বা লম্বী। অফবা লম্বী উৎপীয়ু অমসুং অচুম্বা লম্বীদা লমজীংবিয়ু হায়না ঐখোয়না অল্লাহদা হায়জফম থোকই। অচুম্বদা লম্বীনবা মীওই কয়াদা অল্লাহনা অণ্ডকপা শক্তী কয়া পীবী। অচুম্বা পূন্সি লম্বীদা চৎচবা কয়ানা ফংজবা অফবা গুনশিং ফংননবা অচুম্বা লম্বী তাকপীয়ু অমসুং অফবা শীংদা ঐখোয়বু চলহন্বীয়ু হায়না ঐখোয়না অল্লাহদা হায়জফম থোকই। চানবীহৈবা মপুনা চানবীখ্রবা মীওইশিংনা চৎখিবা লম্বীদা ঐখোয়বু লমজীংবিসনু অমসুং লোইনাইদ্রবা মপু মহাক্কী পুক্লেদগী অচৌবা খুদোল ঐখোয়দা ফংহনবিসনু। লম্মুক্লখ্রবা মীশিংনা চৎখিবা লম্বীদা ঐখোয়বু লমজীংবিগনু। অরাম্বা লম্বীনবা মীওইশিংবু অল্লাহগী অশাউবগী চৈরাক ফংখিবা ফত্তবগী লম্বীদু ঐখোয়বু উহনবিগনু।

অল্লাহনা পামদবা অরাম্বদা লম্বীনবা মীদা অল্লাহনা চৈরাক অনি থোক্লা পীগনি হায়না ইসলামনা হায় — অহানবদা সংসার অসিদা অমসুং অনিশুবদা শিরবা তুংদা লাক্কদবা সংসাংরদা। প্রকৃতিনা সংসার অসিদা পীবা খ্বাইদগী ব্লাবা মখলগী দণ্ডীদি শিবনি হায়বা য়াই। মতাং অসিদা পম্বা য়াবদি ওসিদগী চহি লিশিং তরুকলোমগী মমাংদা প্রোফেট নূহনা মীশিংদা অল্লাহনা পাম্না অচুম্বা ধর্ম্ম চৎনবা চহি ৯০০(চামাপন) লোম পাউতাক পীবদা মী ৪০(নিফু)খক্তমক অচুম্বা পূন্সি লম্বীদা খোঙদাখি। লম্মুক্লখ্রবা পৃথিবীগী মীয়াম্না প্রোফেট নূহ অমসুং মহাক্কী তুংইনবশিংবু হন্ন-হন্না ওৎনৈবদা খাঙবা ওয়্রক্তবদা প্রোফেটনা, জগৎকী মপুগী পাউতাক লৌদ্রবা অরাম্বদা খোঙদাদুনা অমম্বা সংসার অমদা লুপখ্রবা মীওই পূম্নমকপু তুম্না মাংহনবীগ্নো হায়না অল্লাহ তআলাদা হায়জরকখি। প্রোফেটকী প্রার্থনা অল্লাহনা খুদক্তা লৌখি অমসুং পাউতাকপীরকখি-- " হো! প্রোফেট! নহাক অমসুং নহাক্কী তুংইন্বশিংনা তোংননবা অচৌবা হী অমা শারো; লম্মুক্লখ্রবা মী পূম্নমকপু ঈশিং ঈচাওদা ঈয়াক্লহন্দুনা তুম্না হাত্তোক্লগনি।" অল্লাহগী পাউতাক তুংইম্না প্রোফেট নূহনা চাওরবা হী অমা শারদুনা মহাক্কী তুংইনবশিংবু হী অদুদা তোংখৎহল্লম্মী, লোয়ননা

মীশিং অদুনা থা কয়ামরুমগী চাননবগী চিঞ্জাকসু মদুদা হাপ্লম্মী। প্রোফেট অসিগী মচানিংগী মনুংদা কনআন কৌবা অমদি ধর্ম লৈতবা, মপানা হায়বা ইন্দবা মীশক ওইরম্মী। মহাক্না জগৎকী মপু অল্লাহবু য়াখিদে, লোয়ননা মপানা শাবা হীজাও অদুদা তোংখিদে অদুগা ঈশিং ঈচাওনা থুম্বা ওপ্রোই খন্দুনা অৱাংবা চীঙদা কাখত্তুনা লৈখি। জগৎকী মপুনা পৃথ্বী শিন-থুংনা নুমিৎ নিফুনি চুপ্পা অরেপ্পা লৈত্তনা অকনবা নোংচুহনখি। মালেম পৃথ্বীদা লৈবা চীঙ-তম মান্নবা ঈশিং ঈচাওদা ঈরাক্লহন্দুনা হাত্তোকখিবা ধর্ম লৈতবা মীশিংগী মনুংদা প্রোফেট নূহগী মচানিপা কনআনসু য়াওখি। অল্লাহগী য়াথং তুংইন্না আতিয়াদগী নোংচুবা নুমিৎ নিফুনিগী মতুংদা লেপখি, লোয়ননা লৈপাক্লা ঈশিংবু চুপশিনবা হৌখি। থা তরুক্কী মতুংদা ঈশিং ময়েং তাখিদুনা চীঙশিংগী শত্তম উরক্লবদা প্রোফেট নূহ অমদি মহাক্কী তুংইন্বা ধর্ম চেন্বা মী নিফুনা তোংবা হীজাও অদু তুর্কী, ইরাক অমদি সিরিয়াগা তাইনবদা লৈবা জুদী নত্রগা অরারত কৌবা চীঙজাওদা হী থাওখি। ঈচাওগী ঈশিং কংখ্রবদা অমুক খুদা-লৈতাদুনা ওসিগী পৃথিবীদা লৈরিবা মীশিং অসি প্রোফেট নূহগী লোয়নবা মী নিফু অদুদগী চাদা-নাওদারকপনি। ঈশিং ঈচাওনা মালেম পৃথ্বী পুম্বা থুমখিবা থৌদোক অদু খৃষ্টগী মমাং চহি ৩১০৫গী মমাংদনি হায়বা রেকোর্ডতগী ফংই।

সংসার অসিদা ধর্ম লৈতবা মীশিংবু জগৎকী মপুগী অশাওবগী অকনবা চৈরাক পীখিবসি প্রোফেট মুসাগী মতমদসু থোকখি। হায়বা ইন্দবা, মঙক কন্বা, মশানা মশাবু সংসার পুম্বগী মপুনি হায়জবা, ধর্ম লৈতবা মিশরগী নিংথৌ ফিরউননা শগোল লাম্মী চাওরবা তেঙ্গোল অমগা লোয়ননা প্রোফেট মুসাবু অমদি মহাক্কী ধর্ম চেনবা মীশিংবু হাত্তোক্লবা তান্নরকখি। প্রোফেট অমদি মহাক্কী তুংইন্বশিংদি য়ৈখাই-খিঙ্গাই লৈতনা সিনাই মালভুমীদা থুংখি। অদুগা লমহেন্বা ফিরউন অমদি মহাক্কী মনাই শগোল লাম্মী পুম্বা লাল সমুদ্র (Red Sea)দা ঈরাক্লদুনা য়াম্না ৱানা পুক্তি ঈথম্মখি। অসুম্না ধর্ম লৈতবা মীশিংদা জগৎকী মপুগী অশাওবাগী চৈরাক পীবা ওইনা নুঙগী লেন তাহন্দুনা মালেমথকসিদা পুক্তি ঈথম্মখিবা কয়াগী অরিবা যুগকী থৌদোকশিং পৃথিবীগী ইতিহাসনা সাক্ষীনি।

সংসার অসিদা মীওইবনা লৈরিবা তেঙ্গবা পুন্সি অসিদা অরাবা লংবদি শিরগা অরাবা কোক্রে হায়বা য়াই। তৌইগুম্বসুং শিবা নাইদনা লৈরকপদবা অনিশুবা সংসার অদুদা মপুগী অশাওবগী চৈরাক ফংলুবা তারবদি করি রাহেনা অরাবদুগী শীংথাবা য়াগদগে। সংসার অসিদা ঐখোয়না ফংলিবা মৈগী অশাবা অমদি ঈশিংগী অইংবা অসিদগী অনিশুবা সংসারদা ফংগদবা মৈ-ঈশিংগী অশা-অইংনা শরুক হম্ফুতরাদগীসু হেনগনি হায়। সংসার অসিদা নত্তবা লিচং চংথিবা মীশিংবু অনিশুবা সংসারদা মৈ-ঈশিংনা দণ্ডী ওইনা পীরবদি মদুগী অরাবদি করি রাহেনা শীংথাগনি।

সংসার অসিদা মীওইবনা খোঙদারকপদগী থোকখিবা মমাংগী খৌদোকশিংগী রারী অল্লাহনা হজরত মুহম্মদ (ছ)দা লীদুনা তাহল্লগা মহাক অমদি মহাক্কী তুংইরশিংনা মপুগী মতিক মগুন থাগৎপা অমদি মপুদগী নীজগদবা অসুপ্পা রাহেশিং কুরআনগী অহানবা সুরা অসিদা তাক্লি। মপুবু লাৎচবগী খৌরমদা সুরা অসি হেক হেক য়াওরিবসিনা মসিগী মরু ওইবদু তাক্লি। ঐখোয়গী পূন্সিগী লম্বীদা মপু মহাক্না ঐখোয়বু অচুম্বদা লমজীংবিদুনা অফবা থবকখক্তমক তৌজরগা য়াইফকোন ওইরবা স্বর্গগী লৈকোন্দা পচুংফম ওইহনবীসনু। নরক্তা পচুংফম ওইরগদবা লম্ফুক্রখরবা মীশিংগী পূন্সিগী লম্বেলদা ঐখোয়বু খোঙদাহনবিদসনু। নুংশিহৈবা মপু মহাক্না ঐখোয়না নীজবা পুন্না থুংহনবিসনু।

--------(০)-------

# হদিস নাচোম

## খনগৎচবা হদিসশিং:

## ঈমান ( থাজবা)

بسم الله الرحمن الرحيم

# الايمان

১। ইবন ওমর(র)না অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না হায়দুনা পাউদম্রম্মী-"ইসলাম পোৎলম মঙাদা যুম্ফম ওই মদুদি:- অল্লাহ নত্তনা লাৎপনা মতিক চাবা মপু অমত্তা লৈতে অমসুং মুহম্মদ(ছ) মহাক্কী ( অল্লাহগী) মনাই অমসুং পাউপুবনি হায়বগী সাক্ষী পীবা, নমাজ পাংথোকপা, জকাৎ পীবা, হজ্জ তৌবা অমসুং রমজানগী রোজা থম্বা।"

(বুখারী অমসুং মুলসিম)

(١) عن ابن عمر رضي الله عنهما قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم بني الاسلام على خمس شهادة أن لا إله إلا الله وأن محمدا عبده ورسوله وإقام الصلاة وإيتاء الزكاة والحج وصوم رمضان.

(بخاري ومسلم)

২। অব্দুল্লাহ বিন অমর(র) না অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না হায়দুনা পাউদম্রম্মী- "মুসলিমদি মহাক্কী লৈয়েং অমসুং মখুত্তগী মুসলিমশিংবু তেক্ত-কায়দনা থম্বীবদুনি, অদুগা মুহাজিরদি (মরৈবাক থাদোক্তুনা অতোপ্পগীদা লৈবা মীদি) অল্লাহগী অথিংববু থাদোকপা মহাক অদুনি।"

(বুখাবী)

(٢) عن عبد الله بن عمرو رضي الله عنهما قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم المسلم من سلم المسلمون من لسانه ويده والمهاجر من هجر ما نهى الله عنه.

(بخاري)

৩। অনস(ব)না অল্লাহগী বসুল(ছ)দগী অসুম্না হায়দুনা পাউদম্রম্মী- "নখোয়গী মনুংদা কনা অমতনা, মহাক্কী মপাদগী, মমাদগী অমসুং মী পুম্নমক্তগী ঐবু হেন্না নুংশিদ্রিবমখে, ঈমান পুরকপা মপুং ফাদে।"

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٣) عن أنس رضي الله عنه قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لا يؤمن أحدكم حتى أكون أحب إليه من والده وولده والناس أجمعين.

(بخاري ومسلم)

৪. অনস(র)না হায়রম্মী: অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়বা তৌদনা ঐখোয়বু পৎনা কৌরকখিদে, মদুদি, "থাজনিঙাই ওইদবা মহাক্তি ঈমান লৈতে, অদুগা মশাগী

(٤) عن أنس قال قلما خطبنا رسول الله صلى الله عليه وسلم إلا قال لا إيمان لمن لا

রাশক ভাত্তবা মহাক্তি ধর্ম লৈতে।''

(বৈহকী)

أمانة له ولا دين لمن لا عهد له. (بيهقي)

৫। অবু অমামানা হায়খি মদুদি নিপা অমনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দা ''ঈমান '' করিনো হায়না হংবদা মহাক্না (হজরতনা) হায়বিখি- '' নঙগী অফবা থবক্না নহাকপু পেলহল্লবা অমসুং নঙগী ফত্তবা থবক্না নহাকপু ৱাহল্লবা মতমদা নহাক মু'মিন ( ঈমান পুরক্রবা মী) ওইরবনি।'' অদুদগী মহাক্না '' পাপ'' করিনো হংবদা পাউখুম্নীরকখি - '' নশাগী থম্মোয়বু শান্তি লৈহন্দবা পোৎ অদুনি, মদু থাদোকউ।'' ( অহমদ)

٥) عن أبي أمامة أن رجلا سأل رسول الله صلى الله عليه وسلم ما الإيمان قال إذا سرتك حسنتك وساءتك سيئتك فأنت مؤمن قال فما الإثم قال إذا حاك في نفسك شيء فدعه

(احمد)

## অচৌবা পাপশিং অমসুং মুনাফিক্কী খুদমশিং

## الكبائر و علامات النفاق

৬। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী - '' অচৌবা পাপশিংদি অল্লাহগা লোয়ননা অতোপ্পা পোৎশিংবু লাৎপা,মমা-মপাগী হাযবা ইন্দবা, অনিংবগা লোয়ননা মীনম্বা ভাংবা অমসুং অরান্বা সাক্ষী পীবনি।'' ( বুখারী অমসুং মুসলিম)

٦) عن عبد الله بن عمرو قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم الكبائر الإشراك بالله وعقوق الوالدين وقتل النفس واليمين الغموس وشهادة الزور.

(بخاري ومسلم)

৭। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী - ''কনাগুম্বনা জিনা তৌরবা মতমদা মহাক মু'মিন ওইদরে, কনাগুম্বনা হুরান্বা মতমদা মহাক মু'মিন ওইদরে, কনাগুম্বনা যু থকপা মতমদা মহাক মু'মিন ওইদরে, মীশিংগী মিৎয়েংদা মাবু ৱাংনা থম্নবগীদমক কনাগুম্বনা লূট তৌবা মতমদা মহাক মু'মিন ওইদরে, অদুগা নখোয়গী মনুংদা কনাগুম্বনা নমথাক তৌরবা মতমদা মহাক

٧) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لا يزني الزاني حين يزني وهو مؤمن ولا يسرق السارق حين يسرق وهو مؤمن ولا يشرب الخمر حين يشرب وهو مؤمن ولا ينتهب نهبة يرفع الناس إليه فيها أبصارهم حين ينتهبها وهو مؤمن ولا

মু'মিন ওইদরে; মরম অসিনা, চেকশিন্নু, চেকশিন্নু।''
(বুখারী অমসুং মুসলিম)

يَقُلْ أَحَدُكُمْ مُؤْمِنٌ بَلْ وَهُوَ شَاكٌّ إِلَّا اللهَ
(بخاري ومسلم)

৮। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী - ''মাং-তাক্লিংঙাই ওইবা পোৎশক তরেৎ থাদোকউ।'' তারিবশিংনা হংখি, '' অল্লাহগী রসুল, মখোয়শিংদু করি করিনো ? '' মহাক্না পাউখুম্মীখি, '' (১) অল্লাহগা মান্নবা করিগুম্বা অমা থম্বা, (২) জাদু তৌবা, (৩) অচুম্বা মরম য়াওদনা অল্লাহনা য়েৎথাই-থিঙ্গাই তৌবা খিংগ্নবা কনাগুম্বা অমবু হাৎপা, (৪) শেন্দোহ চাবা, (৫) মমা-মপা লৈখিদ্রবা য়তীমগী মাল চাশিনবা, (৬) লানফমদগী তুং হন্না চেল্লোকপা অমসুং (৭) সতী ওইবী তৌইগুম্বসুং পংজবী মু'মিন নুপীশিংবু লান্না ঙাংনবা।''
(বুখাবী অমসুং মুসলিম)

(٨) عَنْ أَبِي هُرَيْرَةَ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللهِ صَلَّى
اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ اجْتَنِبُوا السَّبْعَ الْمُوبِقَاتِ
قَالُوا يَا رَسُولَ اللهِ مَا هُنَّ قَالَ الشِّرْكُ
بِاللهِ وَالسِّحْرُ وَقَتْلُ النَّفْسِ الَّتِي حَرَّمَ
اللهُ إِلَّا بِالْحَقِّ وَأَكْلُ الرِّبٰو وَأَكْلُ مَالِ
الْيَتِيمِ وَالتَّوَلِّي يَوْمَ الزَّحْفِ وَقَذْفُ
الْمُحْصَنَاتِ الْمُؤْمِنَاتِ الْغَافِلَاتِ۔
(بخاري ومسلم)

৯। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী - ''মুনাফিক্কী (চীনগা খুৎকা মান্নদবগী) খুদম অহুম লৈ: মীনম্বা ঙাংবা, ৱাশক থুগাইবা অমসুং থাজবিরিবা মীবু নমথাক তৌবা।'' (বুখারী)

(٩) عَنْ أَبِي هُرَيْرَةَ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللهِ
صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ آيَةُ الْمُنَافِقِ ثَلَاثٌ إِذَا
حَدَّثَ كَذَبَ وَإِذَا وَعَدَ أَخْلَفَ وَإِذَا
اؤْتُمِنَ خَانَ۔
(بخاري)

১০। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা অল্লাহগী বসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী - '' অশেংবা মুনাফিক ওইবা মীদা লমচৎ মরি য়াওই, অদুগা মখোয়শিংদুগী ( লমচৎশিংদুগী) মনুংদা অমা লৈবা মীদা মদু মহাক্না থাদোক্লিবমখে মঙোন্দা মুনাফিক্কী লমচৎ লৈ: মহাকপু থাজবিরবা মতমদা মহাক্না নমথাক তৌই, মহাক্না ঙাংবদা মচিনবী, মহাক্না ৱাশকপা মতমদা নমথাক তৌই অমসুং

(١٠) عَنْ عَبْدِ اللهِ بْنِ عَمْرٍو قَالَ قَالَ
رَسُولُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ أَرْبَعٌ مَنْ
كُنَّ فِيهِ كَانَ مُنَافِقًا خَالِصًا وَمَنْ كَانَتْ
فِيهِ خَصْلَةٌ مِنْهُنَّ كَانَتْ فِيهِ خَصْلَةٌ مِنَ
النِّفَاقِ حَتَّى يَدَعَهَا إِذَا اؤْتُمِنَ خَانَ
وَإِذَا حَدَّثَ كَذَبَ وَإِذَا عَاهَدَ غَدَرَ وَإِذَا

মহাক্না খংনবা মতমদা লূদনা ঙাংই।"
(বুখারী অমসুং মুসলিম)

كما تستر لحجر.
(بخاري ومسلم)

## সুন্নত্তা থাজবা থম্বা

## الاعتصام بالسنة

১১। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- " কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পশিংবু অচুম্বা লম্বীদা চৎননবা কৌশিল্লবদি মহাক্কী মনাগা (মহৈগা) মহাক্কী তুংইল্লক্লিবা মীশিংদুগী মনাগা মান্নগনি । হিরম অদুদা করিগুম্বা মরম অমদা মখোয়গী মনাশিং হন্থহন্বা তৌরোই। অদুগা কনাগুম্বনা অতোপ্পশিংবু অরাম্বদা চৎননবা কৌশিল্লবদি মহাক্কী মরালগী পাপকা মহাক্কী তুংইল্লক্লিবা মীশিংগী পাপকা মান্নগনি। হিরম অদুদা করিগুম্বা মরম অমদা মখোয়গী পাপশিং হন্থহল্লোই।" (মুসলিম)

(١١) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من دعا إلى هدى كان له من الأجر مثل أجور من تبعه لا ينقص ذلك من أجورهم شيئا ومن دعا إلى ضلالة كان عليه من الإثم مثل آثام من تبعه لا ينقص ذلك من آثامهم شيئا.
(مسلم)

১২। অবু জরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- " কনাগুম্বনা মশাবু মীয়ামদগী খুনিং অমা লাপ্না থাইদোক্লবদি মহাক্কী মঙক্তুগী ইসলামগী খৌরী হক্তোক্লবনি।" (অহমদ অমসুং অবু ডাউদ)

(١٢) عن أبي ذر قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من فارق الجماعة شبرا فقد خلع ربقة الإسلام من عنقه.
(احمد وابوداؤد)

১৩। ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- " অল্লাহনা মুহম্মদকী মীশিংবু মাংননবা তৌহ্রোই। অল্লাহগী খুৎ মীয়ামগী মথক্তা লৈ, অদুগা কনাগুম্বনা থাইদোক্লবদি ( মীয়ামদগী) মহাকপু নরক্তা থাইদোকপিগনি।" (তিরমিজী)

(١٣) عن ابن عمر قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم إن الله لا يجمع أمتي على ضلالة ويد الله على الجماعة ومن شذ شذ في النار.
(ترمذي)

১৪। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী - '' ইচা ইবুংঙো, অয়ুক-নুংদাংদা কনা অমতবু নমথাক তৌদনা নংগী থম্মোয়বু থম্বা ঙম্নবদি অদুম্না তৌ।'' অমুকম্সু হায়রিখি- '' ইচা ইবুংঙো, মদু ঐগী সুন্নত্তগীনি (হৈনবীদগনি)। ঐগী সুন্নতপু নুংশিবা মীদি ঐবু নুংশিরবা মীনি, অদুগা ঐবু নুংশিবা মীদি স্বর্গদা ( জন্নৎতা) ঐগা লৈমিন্নগনি।'' (তিরমিজী)

(١٤) عن أنس قال قال لي رسول الله صلى الله عليه وسلم يا بني إن قدرت أن تصبح وتمسي وليس في قلبك غش لأحد فافعل ثم قال يا بني وذلك من سنتي ومن أحب سنتي فقد أحبني ومن أحبني كان معي في الجنة. ترمذي

## মহৈ

## العلم

১৫। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- '' মী অমা শিরবদা মহাক্কী থবকশিংগী মনা ককই অহুমথকসি নত্তনা : সদকা জারিয়া ( লেপ্তনা মনা ফংবা দান), নত্রগা লেপ্তনা কান্নবা ফংবা মহৈ, নত্রগা অফবা মচানিপানা মাগীদমক তৌবা দুআ (মপুদা নীজবা)।'' (মুসলিম)

(١٥) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم إذا مات الإنسان انقطع عنه عمله إلا من ثلاثة إلا من صدقة جارية أو علم ينتفع به أو ولد صالح يدعو له. مسلم

১৬। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- '' কনাগুম্বা অমনা মু'মিন অমদগী সংসারগী অৱা-নুঙাইতবশিংদগী অমা লৌথোকপীরবদি কিয়ামতকী (বিচারগী নুমিৎকী) অৱা-নুঙাইতবশিংদগী অমা অল্লাহনা মঙোন্দগী লৌথোকপীগনি ; কনাগুম্বা অমনা লাইৱক খিরবা মী অমগী লম্বেল নালহন্নবিরবদি অল্লাহনা সংসার অসিদা অমসুং মথংগী সংসারদা মহাক্কী লম্বেল নালহনবিগনি; কনাগুম্বনা মুসলিম অমগী মরালবু লোৎশিনবিরবদি অল্লাহনা সংসার অসিদা অমসুং মথংগী সংসারদা মহাক্কী মরালবু লোৎশিনবিগনি;

(١٦) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من نفس عن مؤمن كربة من كرب الدنيا نفس الله عنه كربة من كرب يوم القيامة ومن يسر على معسر يسر الله عليه في الدنيا والآخرة ومن ستر مسلما ستره الله في الدنيا والآخرة والله في عون العبد ما كان العبد في

নিপা অমনা মহাক্কী মচিন-মনাওবু তেংবাংলিবমখে অল্লাহনা মহাকপু তেংবাংবী, অদুগা কনাগুম্বনা মহে তানবগী লম্বীবু খিরবদি অল্লাহনা মহাক্কীদমক স্বর্গগী লম্বী লাইনা শেম্বীগনি।" (মুসলিম)

عَوْنِ أَخِيهِ وَمَنْ سَلَكَ طَرِيقًا يَلْتَمِسُ فِيهِ عِلْمًا سَهَّلَ اللهُ لَهُ طَرِيقًا إِلَى الْجَنَّةِ.
(مسلم)

১৭। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী - " মহে তানশিনবা থোক্লকপা মহাক্তি মহাক্না হল্লকপা ফাওবা অল্লাহগী লম্বীদা লৈ।"
(তিরমিজী অমসুং ডারিমী)

(١٧) عَنْ أَنَسٍ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ مَنْ خَرَجَ فِي طَلَبِ الْعِلْمِ فَهُوَ فِي سَبِيلِ اللهِ حَتَّى يَرْجِعَ.
(ترمذي ودارمي)

১৮। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী - " মহে তানশিনবদি মুসলিম পুম্নমক্কী ওইনা তঙাই ফন্দবনি।" (ইবন মাজা অমসুং বৈহকী)

(١٨) عَنْ أَنَسٍ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ طَلَبُ الْعِلْمِ فَرِيضَةٌ عَلَى كُلِّ مُسْلِمٍ. (ابن ماجه وبيهقي)

১৯। অবুদ দরদানা হায়খি, " কিয়ামতকী নুমিত্তা অল্লাহগী'নাক্তা খ্বাইদগী ফত্তবা পচুংফম ফংলুগদবা মীদি মহাক্কী মহৈদগী কান্নবা তৌথিদবা অদুনি।" (দারিমী)

(١٩) عَنْ أَبِي الدَّرْدَاءِ قَالَ إِنَّ مِنْ أَشَرِّ النَّاسِ عِنْدَ اللهِ مَنْزِلَةً يَوْمَ الْقِيَامَةِ عَالِمٌ لَا يَنْتَفِعُ بِعِلْمِهِ. (دارمي)

## দুআ ( নীজবা)

## الدعوات

২০। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী -" মী অমগী দুআবু লৌবি, মহাক্না পাপ চেনবা পোৎপু নত্রগা মরী-মতাগী লীপুনবু থ্বদংনবা হায়জদ্রবদি।"
(মুসলিম)

(٢٠) عَنْ أَبِي هُرَيْرَةَ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ يُسْتَجَابُ لِلْعَبْدِ مَا لَمْ يَدْعُ بِإِثْمٍ أَوْ قَطِيعَةِ رَحِمٍ. (مسلم)

২১। জাবিরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী -

(٢١) عَنْ جَابِرٍ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللهِ صَلَّى

'' মতম অমদা করিগুম্বা খরা পীবিনবা নীজবদা অল্লাহনা নখোয়গী হায়জবদু য়াবিরকপা নত্তবদা নখোয় নশামত্তা, নত্রগা নচাশিংদা, নত্রগা নখোয়গী সম্পতিশিংদা নীজগনু।'' ( মুসলিম)

الله عليه وسلم لا تدعوا على أنفسكم ولا تدعوا على أولادكم ولا تدعوا على أموالكم لا توافقوا من الله ساعة يسأل فيها عطاء فيستجيب لكم. (مسلم)

২২। সলমান অল ফারিসীনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' দুআখক্তনা রাইবু ককই অমসুং অশেংবা তৌবখক্তনা পুন্সিবু শাংদোকহল্লি।''
( তিরমিজী)

(٢٢) عن سلمان الفارسي قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لا يرد القضاء إلا الدعاء ولا يزيد في العمر إلا البر. (ترمذي)

২৩। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' দুআ অহুমগী পাউখুম পীবি (য়াবি), মখোয়শিংদুদা চিংননিঙাই লৈতে। মদুদি, মমা-মপাগী, লংফৈ চৎপা মীগী অমসুং লান্না ওৎপীরবা মীগী।''
( তিরমিজী, অবু ডাউদ, ইবন মাজা)

(٢٣) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم ثلاث دعوات مستجابات لا شك فيهن دعوة الوالد ودعوة المسافر ودعوة المظلوم. (ترمذي، ابو داود، ابن ماجه)

## অল্লাহবু নিংশিংবা

## ذكر الله

২৪। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' মীশিংবু ফরিশতাশিংনা (অল্লাহগী দুতশিংনা) কোইশিনবিবা, মখোয়দা থৌজাল হৈথবিবা অমসুং মখোয়দা শান্তি পীবিরকপা য়াওদনা মখোয়না অল্লাহবু নিংশিংদুনা ফম্রোই।'' ( মুসলিম)

(٢٤) عن أبي هريرة وأبي سعيد قالا قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لا يقعد قوم يذكرون الله إلا حفتهم الملائكة وغشيتهم الرحمة ونزلت عليهم السكينة. (مسلم)

২৫। অবু মুসানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী-
" মহাক্কী মপুবু নিংশিংবা মী অমসুং নিংশিংদবা মীদি অহিংবা অমসুং অশিবগা পাওখক্লি।"
( বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٢٥) عَنْ أَبِي مُوسَى قَالَ قَالَ رَسُولُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ مَثَلُ الَّذِي يَذْكُرُ رَبَّهُ وَالَّذِي لَا يَذْكُرُ مَثَلُ الْحَيِّ وَالْمَيِّتِ (بخاری ومسلم)

২৬। অবু জরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী-
" অল্লাহনা হায: কনাগুম্বা অমনা অফবা থবক অমা তৌবগীদমক মহাক্কা নেকী ( মহৈ) তরা ফংগনি অমসুং ঐনা হেন্নসু পীবিগনি। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা অমনা ফত্তবা থবক অমা তৌবগীদমক মহাক্কা ফত্তবদুগা মান্নবা মহৈ অমা ফংগনি, নত্রগা ঐনা কোকপীগনি। কনাগুম্বনা ইনক্তা খুনিং অমা চংশিল্লক্লবদি ঐনা মাগী নাক্তা থগাই অমা চংশিনগনি, অদুগা কনাগুম্বনা ইনাক্তা থগাই অমা চংশিল্লক্লবদি ঐনা মাগী নাক্তা লম অমা চংশিনগনি; কনাগুম্বনা ইনাক্তা খোঙনা চংশিল্লক্লবদি ঐনা মাগী নাক্তা চেনশিনগনি, অদুগা কনাগুম্বনা মালেম পৃথীমুক চাওবা পাপকা লোইনরগা ঐবু উনরববা, তৌইগুম্বসুং মহাক্কা ঐগা মান্নবা করিগুম্বা অমা থমদ্রবদি মহাক্কী পাপকা চাং মান্নবা কোকপীবগা লোইননা ঐনা মাবু উনগনি।"
( মুসলিম)

(٢٦) عَنْ أَبِي ذَرٍّ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ يَقُولُ اللهُ تَعَالَى مَنْ جَاءَ بِالْحَسَنَةِ فَلَهُ عَشْرُ أَمْثَالِهَا وَأَزِيدُ وَمَنْ جَاءَ بِالسَّيِّئَةِ فَجَزَاءُ سَيِّئَةٍ مِثْلُهَا أَوْ أَغْفِرُ وَمَنْ تَقَرَّبَ مِنِّي شِبْرًا تَقَرَّبْتُ مِنْهُ ذِرَاعًا وَمَنْ تَقَرَّبَ مِنِّي ذِرَاعًا تَقَرَّبْتُ مِنْهُ بَاعًا وَمَنْ أَتَانِي يَمْشِي أَتَيْتُهُ هَرْوَلَةً وَمَنْ لَقِيَنِي بِقُرَابِ الْأَرْضِ خَطِيئَةً لَا يُشْرِكُ بِي شَيْئًا لَقِيتُهُ بِمِثْلِهَا مَغْفِرَةً. (مسلم)

২৭। অবু সইদনা হাযখি, " অল্লাহগী রসুল(ছ)দা করম্বা মীনা কিযামতকী নুমিত্তা অল্লাহগী মফমদা খ্বাইদগী ফবা অমসুং খ্বাইদগী থাক ৱাংবা ওইগদগে হায়না হংখি।" (হজরতনা) পাউখুম্বীরকখি,

(٢٧) عَنْ أَبِي سَعِيدٍ أَنَّ رَسُولَ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ سُئِلَ أَيُّ الْعِبَادِ أَفْضَلُ وَأَرْفَعُ دَرَجَةً عِنْدَ اللهِ يَوْمَ الْقِيَامَةِ قَالَ الذَّاكِرُونَ اللهَ كَثِيرًا

" অল্লাহনু তোইনা নিংশিংবা নিপাশিং অমসুং নুপীশিংদুনি।" (অহ্মদ অমসুং তিরমিজী)

والذاكرات۔ (احمد والترمذي)

২৮। মুআদ বিন জবলনা হায়খি, " অল্লাহগী অজাবতগী ( দণ্ডীদগী) কন্নবা অল্লাহনু নিংশিংবদগী হেন্না শীংখাবা য়াবা থবক অমতা মীনা তৌদে।"

(মালিক, তিরমিজী অমসুং ইবন মাজা )

٢٨) عن معاذ بن جبل قال ما عمل العبد عملا انجى له من عذاب الله من ذكر الله۔ (مالك، ترمذي، ابن ماجه)

## ঙাকপীনবা হায়জবা অমসুং নিংঙম্রক্তবা

## الاستغفار و التوبة

২৯। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- " ঐনা অল্লাহ পল্লদুনা বাশক্তি মদুদি ঐনা অল্লাহদা ইরান ঙাকপীনবা হায়জে অমসুং লোংমদা হন্দুতরারক্তগী হন্না ঐনা নিংঙম্রক্তদুনা মঙোন্দা ( অল্লাহদা) মায় ওনশিনজে ( তৌবহ তৌজে)।"

(বুখারী)

٢٩) عن ابي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم والله اني لاستغفر الله واتوب اليه اكثر من سبعين مرة (بخاري)

৩০। আ'ইশানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- " মী অমনা মশাগী মরাল য়ারবা অমসুং নিংঙদবা লাক্লবদা অল্লাহনা মাগী মরাল কোকপী।"

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

٣٠) عن عائشة قالت قال رسول الله صلى الله عليه وسلم ان العبد اذا اعترف ثم تاب تاب الله عليه۔ (بخاري ومسلم)

৩১। ইবন অব্বাসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- " কনাগুম্বা অমনা মরাল কোকপীনবা হায়জদুনতা লৈরবদি অল্লাহনা মহাক্কী অবাবা খুদিংমকপু কোকপীহন্নবা অমসুং লাংতক্লবা খুদিংদগী কন্বীহন্নবা লম্বী অমা শেম্বীগনি, অদুগা মহাক্কা শীংখাখিদবা মফমদগী মঙোন্দা পোৎ পীবিগনি ।"

(তিরমিজী, ইবন মাজা, দারিমী)

٣١) عن ابن عباس قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من لزم الاستغفار جعل الله له من كل ضيق مخرجا ومن كل هم فرجا ورزقه من حيث لا يحتسب۔ (ترمذي، ابن ماجه، دارمي)

৩২। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী -"আদমগী মচা পুম্নমক পাপ লংশিন্নি, তৌইগুবসুং মখোয়গী মনুংদা খ্বাইদগী ফবশিংদি নিংগু মদবা লাকপশিংদুনি।" (তিরমিজী, ইবন মাজা, দারিমী)

(৩২) عن أنس قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم كل بني آدم خطاء وخير الخطائين التوابون۔ (ترمذي۔ ابن ماجه۔ دارمي)

৩৩। অব্দুল্লাহ বিন বুসরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - "মশাগী রিকোর্দতা মরাল ঙাকপিনবগী য়াম্না হায়জবা ফংবা মহাক্তি চানবীবা ফংলবনি।" (ইবন মাজা, নসাই)

(৩৩) عن عبد الله بن بسر قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم طوبى لمن وجد في صحيفته استغفارا كثيرا۔ (ابن ماجه۔ نسائي)

৩৪। আ'ইশানা হায়রখি মদুদি নবী(ছ)না অসুম্না হেক হেক হায়খি- "হে অল্লাহ! অফবা থবক তৌরগা হরাওবা অমসুং ফত্তবা তৌরগা মরাল ঙাকপীনবা হায়জবা মীশিংদুগী মনুংদা ঐবু চলহলবীয়ু।" (ইবন মাজা, বৈহকী)

(৩৪) عن عائشة أن النبي صلى الله عليه وسلم كان يقول اللهم اجعلني من الذين إذا أحسنوا استبشروا وإذا أساؤا استغفروا۔ (ابن ماجه۔ بيهقي)

৩৫। অব্দুল্লাহ বিন মসউদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "পাপ লংশিন্নরগা নিংঙদবা লাকপা মহাক্তি পাপ লাংশিনখিদবা মীগুম্বনি।" (ইবন মাজা, বৈহকী)

(৩৫) عن عبد الله بن مسعود قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم التائب من الذنب كمن لا ذنب له۔ (ابن ماجه۔ بيهقي)

## জীবিকা অমসুং আইন্না য়াবা থিবা

## الكسب و طلب الحلال

৩৬। অলমিকদাদ বিন মা'দিকরবনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- " মখুৎনা নোমজবগী মহে চাজবদগী হেম্না ফবা চীঞ্জাক কনা অমতনা চাখিদ্রি।

(৩৬) عن المقدام بن معديكرب قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم ما أكل أحد طعاما قط خيرا من أن يأكل

অল্লাহগী নবী দাউদ (অ) না মখুৎনা শুজরগা চারম্মী।"
(বুখারী)

من عمل يده وان نبي الله داود عليه السلام كان يأكل من عمل يده. (بخاري)

৩৭। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- " মী অমনা কংলিবদু আইম্না যাবা ( হলাল ওইবা) মকমদগীরা, নত্রগা আইম্না যাদবদগীরা (হরামদগীরা) হায়বগী খৌওইদবা মতম অমা লাক্কনি।"
(বুখারী)

(٣٧) عن ابي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم يأتي على الناس زمان لا يبالي المرء ما اخذ منه أمن الحلال ام من الحرام. (بخاري)

৩৮। জাবিরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী - " আইম্না যাদবা পোত্তগী চাওখৎলকপা শাদোংদি স্বর্গ চংলোই অদুগা আইম্না যাদবা পোত্তগী চাওখৎলকপা শাদোং পুম্নমক্কীদমক্তি নরক্না খোইনা মতিক চাই।"
(অহমদ, দারিমী অমসুং বৈহকী)

(٣٨) عن جابر قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لا يدخل الجنة لحم نبت من السحت وكل لحم نبت من السحت كانت النار اولى به. (احمد، دارمي، بيهقي)

৩৯। রাফি বিন খদিজনা হায়খি মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)দা করম্বা মখলগী জীবিকা থিবনা খ্বাইদগী হেন্না ফবগে হায়না হংবদা পাউখুম্মীরকখি - " মী অমগী মখুৎনা শুজবা অমসুং অশেংবা কারবার।" ( অহমদ)

(٣٩) عن رافع بن خديج قال قيل يا رسول الله اي الكسب اطيب قال عمل الرجل بيده وكل بيع مبرور. (احمد)

৪০। অবু বকরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- "হরাম ওইবা পোত্তগী য়োকখৎলকপা কসা অমত্তা স্বর্গ চংলোই।"
( বৈহকী)

(٤٠) عن ابي بكر ان رسول الله صلى الله عليه وسلم قال لا يدخل الجنة جسد غذي بالحرام. (بيهقي)

৪১। অবু ওমরনা হায়খি, " কনাগুম্বনা দিরহম তরাগী মনুংদা

(٤١) عن ابن عمر قال من اشترى ثوبا بعشرة

হরামগী, ফংনবকপা অমা য়াওনা লৈবা কিজোল অদু পোৎশিনবমথে মহাক্কী নমাজ অল্লাহ তা'লানা লৌবিরোই।''
( বৈহকী )

দراهم وفيه درهم حرام لم يقبل الله تعالى
له صلوة ما دام عليه. (بيهقي)

৪২। অবু সইদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' অচুম্বা শুংবা অমসুং থাজনিঙাই ওইবা লল্লোম্বা মীদি নবীশিং, অচুম্বা তৌবশিং অমসুং শহিদশিংগা লোইনে।''
( তিরমিজী, দারিমী, দারকুটনী)

(٤٢) عن ابي سعيد قال قال رسول الله
صلى الله عليه وسلم التاجر الصدوق
الامين مع النبيين والصديقين والشهداء
(ترمذي، دارمي، دارقطني)

## নীজবা য়াদবশিং

## من لا تحل له المسألة

৪৩। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' কনাগুম্বনা মশাগী সম্পতি হেনগৎহনবগীদমক অতোপ্পশিংদগী নীবদি অচাকপা মৈ খজমক নীবনি, অদুনা মহাক্না খজিক্তা ওইরবসু, নত্রগা য়াম্লবু ওইরবসু।''
( মুসলিম)

(٤٣) عن ابي هريرة قال قال رسول الله
صلى الله عليه وسلم من سأل الناس
اموالهم تكثرا فانما يسأل جمرا فليستقل
او ليستكثر. (مسلم)

৪৪। অজ জুবের বিন অল ঔৱামনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' নখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বনা মহাক্কী থৌরী পাইদুনা শীঙমপুল অমা মনজন্দা পুরগা অমসুং মদু য়োম্বদগী অল্লাহনা মহাক্কী ইজ্জৎ থম্বীবদুনা মহাক্না মীশিংদা নীজরুবদগী মখোয়না মঙোন্দা করিগুম্বা খর পীরকপা, নত্রগা পীরজবদুদগী হেন্না ফৈ।''
( বুখারী)

(٤٤) عن الزبير بن العوام قال قال رسول
الله صلى الله عليه وسلم لان يأخذ احدكم
حبله فيأتي بحزمة حطب على ظهره
فيبيعها فيكف الله بها وجهه خير له من
ان يسأل الناس اعطوه او منعوه.
(بخاري)

৪৫। ইবন ওমরনা পাউদম্লম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না মিম্বরথক্তা (প্লেটফোর্মথক্তা) দান পীবা অমসুং নীবা থিংবগী

(٤٥) عن ابن عمر ان رسول الله صلى الله
عليه وسلم قال وهو على المنبر وهو يذكر

বা ভাংবদা হায়বিরম্মী, " মথক থংবা খুংনা মখাগীদগী হেন্না ফৈ, মথক্কীনা পীনবা অমসুং মখাগীনা নীনবা ওইবনা।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

الصدقة والتعفف عن المسئلة اليد العليا خير من اليد السفلى واليد العليا هي المنفقة واليد السفلى هي السائلة (متفق عليه)

৪৬। সৌবাননা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্মী- " কনাগুম্বনা মীশিংদগী নীরোই হায়না ঐঙোন্দা দায়ত্য পীরবদি ঐনা মঙোন্দা স্বর্গগী দায়ত্য পীগনি।" মদুদা সৌবাননা হায়খি, " ঐ মদু তৌগনি ।" অদুগা মহাক কনাগুম্বদগী করিগুম্বা অমা নীখিদে ।"

(অবু দাউদ অমসুং নসাই)

(٤٦) عن ثوبان قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من يتقبل لي ان لا يسأل الناس شيئا فاتقبل له بالجنة فقال ثوبان انا فكان لا يسأل احدا شيئا. (ابو داود والنسائي)

## খরচ তৌবা

## الانفاق

৪৭। অবু হুরৈরানা,অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্মী মদুদি অল্লাহ তা'লানা হায়বিখি - " নঙনা খরচ তৌরবদি (অতোপ্পশিংদা তেংবাংলবদি), হো অদামগী মচা ! ঐনা নঙোন্দা খরচ তৌগনি ।"

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٤٧) عن ابي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم قال الله تعالى انفق يا ابن آدم انفق عليك. (بخاري ومسلم)

৪৮। অবু সইদ অল খুদরীনা,অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্মী - " মী অমনা হিংলিঙেদা দিরহম অমা দান তৌবনা মহাক্না শিরবা মতমদা চামা দান পীবদগী হেন্না ফৈ।" (অবু দাউদ)

(٤٨) عن ابي سعيد الخدري قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لان يتصدق المرء في حيوته بدرهم خير له من ان يتصدق بمائة عند موته. (ابو داود)

৪৯। অবু জরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্মী - " হয়াও-মোমোন মায়থোংগা লোয়ননা মচিন-মনাও

(٤٩) عن ابي ذر قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لا تحقرن من المعروف

উনবা কাওবা শীংথানিঙাই ওইদবা থবক্তি খনগনু।''
(মুসলিম)

شَيْئًا وَلَوْ أَنْ تَلْقَى أَخَاكَ بِوَجْهٍ طَلِيقٍ۔
(مسلم)

৫০। অবু হুরৈরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' ওক্তবী নুপী অমবু মপাপ কোকপীখি; মহাক্না গুহা অমগী মপান্দা হুর থবেং থবেং হোল্লবা শিগদোৌরবা হুই অমগী মনাক্তা লাকখি, মহাক্কী খোঙউপ লৌখোক্লগা মহাক্কী কোকখুম ফিনা মদুদা কিশিনখি অদুগা মদুগীদমক (হুইদুগীদমক) ঈশিং খর শোক্লংলকখি। মদুগীদমক মহাক্কী পাপ কোকপিখি। মীশিংনা শাশিংদা অদুম্না তৌবগী মহৈ ফংগদরা হায়না হংবদা মহাক্না (হজবতনা) পাউখুম্নীখি - '' অহিংবা জীব খুদিংমক্কী মবীদা মহৈ ফংগনি ।''
(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٥٠) عَنْ أَبِي هُرَيْرَةَ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللَّهِ صَلَّى اللَّهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ غُفِرَ لِامْرَأَةٍ مُومِسَةٍ مَرَّتْ بِكَلْبٍ عَلَى رَأْسِ رَكِيٍّ يَلْهَثُ كَادَ يَقْتُلُهُ الْعَطَشُ فَنَزَعَتْ خُفَّهَا فَأَوْثَقَتْهُ بِخِمَارِهَا فَنَزَعَتْ لَهُ مِنَ الْمَاءِ فَغُفِرَ لَهَا بِذَلِكَ. قِيلَ إِنَّ لَنَا فِي الْبَهَائِمِ أَجْرًا قَالَ فِي كُلِّ ذَاتِ كَبِدٍ رَطْبَةٍ أَجْرٌ۔
(بخاري ومسلم)

৫১। ইবন ওমর অমসুং অবু হুরৈরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' হৌদোং অমবু চাক লাম্বদগী শিবা ফাওবা খোঙ খিংজিন্দুনা থম্লীখিবগীদমক নুপী অমবু অজাব ( দণ্ডী) তৌরম্মী; মহাক্না মদুবু পীজরমদে অদুগা লৈপাক্তা চত্নুনা পোৎশিং চাজরুনবসু মদুবু মপান্দা থোকহল্লমদে ।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٥١) عَنِ ابْنِ عُمَرَ وَأَبِي هُرَيْرَةَ قَالَا قَالَ رَسُولُ اللَّهِ صَلَّى اللَّهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ عُذِّبَتِ امْرَأَةٌ فِي هِرَّةٍ أَمْسَكَتْهَا حَتَّى مَاتَتْ مِنَ الْجُوعِ لَمْ تَكُنْ تُطْعِمُهَا وَلَا تُرْسِلُهَا فَتَأْكُلَ مِنْ خَشَاشِ الْأَرْضِ۔
(بخاري ومسلم)

৫২। অবু বরজানা হায়খি মদুদি মহাক্না কান্নবা ফংগদবা করিগুম্বা অমতা তাকপীনবা অল্লাহগী নবীদা হায়জবদা মহাক্না ( হজরতনা) হায়বিখি,'' মুসলিমশিংগী লম্বীদা নুঙাইরোইদবা পোৎশিং লৌথোকউ।'' ( মুসলিম)

(٥٢) عَنْ أَبِي بَرْزَةَ قَالَ قُلْتُ يَا نَبِيَّ اللَّهِ عَلِّمْنِي شَيْئًا أَنْتَفِعُ بِهِ قَالَ اعْزِلِ الْأَذَى عَنْ طَرِيقِ الْمُسْلِمِينَ۔
(مسلم)

৫৩। অবু অব্বাসনা হায়খি মদুদি মহাক্না তাখি অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়বা - "মুসলিম অমনা মুসলিম অমদা শেংননবা ফিজোল পীবনা মঙোন্দা মদুগী শেগাইরবা মচেৎ অমা ফাওবা লৈরিবমখৈ অল্লাহনা মহাকপু (পীরিবা মীদুবু) তেঙ্ক কাইদনা থম্বীগনি।"

(অহমদ অমসুং তিরমিজী)

٥٣ عن ابن عباس قال سمعت رسول الله صلى الله عليه وسلم يقول ما من مسلم كسا مسلما ثوبا الا كان في حفظ من الله ما دام عليه منه خرقة.

احمد، ترمذي

৫৪। সুলেমান বিন আমিরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী - "লায়রবা মীদা দান পীবা অশেংবা দান্নি, তৌইগুম্বসুং মরী-মতাদা পীবনা হিরম অনিদা ফৈ - সদকা (দান) অমসুং মরী - মতাগী লীপুন ওইবনা।"

(অহমদ ,তিরমিজী, নসাই, ইবন মাজা, দারিমী)

٥٤ عن سلمان بن عامر قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم الصدقة على المسكين صدقة وعلى ذي الرحم ثنتان صدقة وصلة.

احمد، ترمذي، نسائي، ابن ماجه، دارمي

## পোৎশিং পৈশিন্দুনা থম্বা

## الاحتكار

৫৫। ম'মরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী - "কনাগুম্বনা পোৎকী মমল খাংখৎলকপা ফাওবা লীদুনা থম্নীবা মহাক্তি পাপীনি।" (মুসলিম)

٥٥ عن معمر قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من احتكر فهو خاطئ.

مسلم

৫৬। ওমরনা নবী(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী - "পোৎশিংবু য়োল্লনবা পুরকপা মহাক্তি লাইবক ফরবনি, তৌইগুম্বসুং মথোয়বু (পোৎশিংবু) মমল খাংখৎলকপা ফাওবা লীদুনা থম্বা মহাক্তি শিরাপ তৌরবনি।"

(ইবন মাজা অমসুং দারিমী)

٥٦ عن عمر عن النبي صلى الله عليه وسلم قال الجالب مرزوق والمحتكر ملعون.

ابن ماجه ودارمي

৫৭। ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- " কনাগুম্বনা মমল হাইগৎলকপা পামদুনা

(٥٧) عن ابن عمر قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من احتكر طعاما اربعين

মহে-মরোংবু নুমিৎ নিকুনি লীদুনা থম্রবদি মহাক্না অল্লাহবু থাদোক্লে ( মরী লৈনদ্রে) অদুগা অল্লাহনসু মহাকপু থাদোক্লে।" (রজীন)

يوما فيؤمن بالله فتبرأ من الله وبرئ الله منه (رزين)

৫৮। মুআজনা হায়খি, " ঐনা তাখি, অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়রবা: পোৎশিংবু লীদুনা থম্বা কত্তে, অল্লাহনা মমল হাইথহল্লবদি মহাক বাই অদুগা মদু মমল বাংখৎহল্লগা মহাক নুংঙাই।" (বৈহকী)

(٥٨) عن معاذ قال سمعت رسول الله صلى الله عليه وسلم يقول بئس العبد المحتكر إن أرخص الله الأسعار حزن وإن أغلاها فرح (بيهقي)

## লন্দোন শীংবা ঙমদবা অমসুং মতম থিহ্নহন্বা

## الإفلاس والإنظار

৫৯। অবু হুরৈরানা হায়রম্মী মদুদি নবী(ছ)না, মীশিংদা শেল হেক হেক পুখোকপা নিপা অমগী মরমদা অসুম্না হায়রম্মী - ''মহাক্না মনাইদা হেক হেক হায়: নঙনা, শেল লৈতবগী অবাবা ক্ষিভমদা লৈরবা কনাগুম্বগীদা লাকপদা মাবু ঙাকপীয়ু, মরমদি অল্লাহনা ঐখোয়বু ঙাকপীবা য়াই।" মহাক্না ( হজরতনা) হায়বিখি মদুদি মহাক্না অল্লাহগা ক্ষংনখিবা মতমদা মহাকপু (নিপাদুবু) কোকপীখি।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٥٩) عن أبي هريرة أن النبي صلى الله عليه وسلم قال كان رجل يداين الناس فكان يقول لفتاه إذا أتيت معسرا تجاوز عنه لعل الله أن يتجاوز عنا قال فلقي الله فتجاوز عنه (بخاري ومسلم)

৬০। অবু কতাদাদগীনি, মহাক্না হায়খি, " ঐনা তাখি অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়বিখিবা: কনাগুম্বনা শেল লৈতবগী অবাবা নংলবা মীদা মতম থিহ্নহনবিবা নত্রগা মহাক্কী লন্দোন কোকখোকপীরবদি অল্লাহনা মহাকপু কিয়ামতগী অবা-লাংতকনবদগী কনবিগনি।" (মুসলিম)

(٦٠) عن أبي قتادة قال سمعت رسول الله صلى الله عليه وسلم يقول من أنظر معسرا أو وضع عنه أنجاه الله من كرب يوم القيامة (مسلم)

৬১। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- ''কনাগুম্বনা মীশিংদগী মাল লৌরগা শিংগে

(٦١) عن أبي هريرة عن النبي صلى الله عليه وسلم قال من أخذ أموال الناس

খল্লবদি অল্লাহনা মাগীদমক শিংনবা পীবিগনি, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা মাংহনলগে খল্লগা লৌরবদি অল্লাহনা মহাক্কী লন-থুম মাংহনবিগনি।'' (বুখারী)

يريد أداءها أدى الله عنه ومن
أخذ يريد إتلافها أتلفه الله عليه
(بخاري)

৬২। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' লম্দোন নত্তনা শহিদ অমগী পাপ পুম্নমক কোকপীগনি।'' (মুসলিম)

(٦٢) عن عبد الله بن عمرو أن رسول
الله صلى الله عليه وسلم قال يغفر
للشهيد كل ذنب إلا الدين. (مسلم)

৬৩। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' মু'মিন অমগী থবাইদি মহাক্কী লম্দোন শিংদোক্লিবা ফাওবা মদুগা ( লম্দোনগা) নপশিল্লি।'' (শাফি, অহমদ, তিরমিজী, ইবন মাজা,দারিমী)

(٦٣) عن أبي هريرة قال قال رسول الله
صلى الله عليه وسلم نفس المؤمن معلقة
بدينه حتى يقضى عنه
(شافعي احمد ترمذي ابن ماجه دارمي)

৬৪। সৌবাননা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' কনাগুম্বনা নাপন, পুকচেল শেংদবা অমসুং লম্দোন লৈতনা শিরবদি মহাক স্বর্গ চংগনি।'' (তিরমিজী, ইবন মাজা,দারিমী)

(٦٤) عن ثوبان قال قال رسول الله
صلى الله عليه وسلم من مات وهو بريء
من الكبر والغلول والدين دخل
الجنة. (ترمذي ابن ماجه دارمي)

৬৫। অবু হুরৈরানা হায়রম্মী মদুদি মীগী লম্দোন তোল্লগা শিরবা নিপা অমবু অল্লাহগী রসুল(ছ)গী মনাক্তা পুরক্লবদা মহাক্না (হজরতনা) মাগী লম্দোন শিংননবা করিগুম্বা পোৎ থম্লমব্রা হায়না হংলম্মী। মতিক চানা থম্লমই হায়না মঙোন্দা হায়রবদি মহাক্না নমাজ ( জনাজা) শোল্লমই, নত্রগা মহাক্না মুসলিমশিংদা মখোয়গী মরুপকীদমক নমাজ শোম্বীনবা হায়রমই। তৌইগুম্বসুং অল্লাহনা মায় পাকহনবিরবদা মহাক্না

(٦٥) عن أبي هريرة قال كان رسول
الله صلى الله عليه وسلم يؤتى بالرجل
المتوفى عليه الدين فيسأل هل ترك
لدينه قضاء فإن حدث أنه ترك
وفاء صلى وإلا قال للمسلمين صلوا
على صاحبكم فلما فتح الله عليه الفتوح

লেপখত্তুনা হায়খিখি, ''ঐহাক মু'মিনশিংগা মখোয় মশেলদগী খোইনা হেন্না নক্লে, মরম অসিনা মু'মিনশিংগী মনুংদা কনাগুম্বনা লন্দোন খন্নরগা শিরবদি ঐনা মদু শিংনবগী দায়ত্ত লৌগনি, অদুগা মাল খন্নরবদি মদু খুত ফংবশিংগী ওইগনি।'' (বুখারী, মুসলিম)

ثم قال أنا أولى بالمؤمنين من
أنفسهم فمن توفي من المؤمنين
فترك دينا فعلي قضاؤه ومن
ترك مالا فهو لورثته.
(بخاري ومسلم)

## শেন্দোই

## الربو

৬৬। জাবিরনা হায়খি মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না শেন্দোই চাবা মী, মদুবু লৌবা মী, মদুগী দলিল ইবা মী অমসুং মদুদা সাক্ষী ওইবা মী অনিবু শিরাপ তৌরম্মী অদুগা হায়খি,'' মখোয় পুম্নমক মান্নে।'' (মুসলিম)

(٦٦) عن جابر قال لعن رسول الله صلى
الله عليه وسلم آكل الربو وموكله و
كاتبه وشاهديه وقال هم سواء.
(مسلم)

৬৭। অবু স'ঈদ অল খুদরীনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- ''সনাবু সনানা পীবা তাই, লুপাবু লুপানা, গেহবু গেহনা, বারলিবু বারলিনা, থাংতুপ্পু থাংতুপনা অমসুং থুমবু থুম্না, মান্নবগী মান্ননা, পীবদি তৌরিবা মফম অদুদা ওইবা তাই। কনাগুম্বনা হেন্না পীবা, নত্রগা হেন্না হায়রবদি তশেংনা শেন্দোইদা তাই, মদুদা লৌবা অমসুং পীবা মী অনিমক মান্নে।'' (মুসলিম)

(٦٧) عن أبي سعيد الخدري قال قال
رسول الله صلى الله عليه وسلم الذهب
بالذهب والفضة بالفضة والبر بالبر و
الشعير بالشعير والتمر بالتمر والملح بالملح
مثلا بمثل يدا بيد فمن زاد أو استزاد
فقد أربى الآخذ والمعطي فيه سواء.
(مسلم)

৬৮। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- ''মতম অমা মীওইবা জাতিদা শোয়দনা লাক্কনি, মতমদুদা শেন্দোই চাবা খক্তা লৈগনি অদুগা করিগুম্বা

(٦٨) عن أبي هريرة عن رسول الله
صلى الله عليه وسلم قال ليأتين على
الناس زمان لا يبقى أحد إلا آكل

মহাক্না মদু চাদ্রবসু মদুগী মনম খরদি মঙোন্দা য়োগনি।''

(অহমদ, অবুদাউদ, নসাই, ইবন মাজা)

فَإِنْ لَمْ يَأْكُلْهُ أَصَابَهُ مِنْ بُخَارِهِ-

(أحمد، أبوداؤد، نسائي، ابن ماجه)

৬৯। অব্দুল্লাহ বিন হন্জলানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- ''নিপা অমনা খংনা খংনা দিরহম অমা শেন্দোহ ওইনা লৌবনা জিনা( ওক্কবা য়ুম্বান্নবা) কুম্ল্রাতরুককলক তৌবদগী হেন্না শাখিনা ফত্তে।''

(অহমদ, অমসুং দারকুৎনী)

(٦٩) عَنْ عَبْدِ اللهِ بْنِ حَنْظَلَةَ قَالَ قَالَ رَسُوْلُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ دِرْهَمُ رِبًا يَأْكُلُهُ الرَّجُلُ وَهُوَ يَعْلَمُ أَشَدُّ مِنْ سِتَّةٍ وَّثَلٰثِيْنَ زَنْيَةً-

(أحمد ودارقطني)

৭০। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- ''নিপা অমনা নিপা অমদা শেল পুথোকপদা খুদোলপোৎ লৌরোইদবনি।'' (বুখারী)

(٧٠) عَنْ أَنَسٍ عَنِ النَّبِيِّ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ قَالَ إِذَا أَقْرَضَ الرَّجُلُ الرَّجُلَ فَلَا يَأْخُذْ هَدِيَّةً- (بخاري)

৭১। ইবন মসউদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- ''তশেংনা শেন্দোহ চাওনা লৌরবসু মদুনা মমৈখংদা লাইরবা-নংবদা লমজীংই।''

(ইবন মাজা অমসুং বৈহকী)

(٧١) عَنِ ابْنِ مَسْعُوْدٍ قَالَ قَالَ رَسُوْلُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ إِنَّ الرِّبٰوا وَإِنْ كَثُرَ تَصِيْرُ إِلَى قُلٍّ-

(ابن ماجه وبيهقي)

## লুহোংবা

## النكاح

৭২। অব্দুল্লাহ বিন মসউদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- ''হো পাখঙশা, নখোয়গী নরক্তগী নুপীবু শেংন-চানবগী খরচ পীবা ঙম্লবদি লুহোংউ, মরমদি মদুনা লমলাখী নুপীশিংবু য়েংবা অমদি লমচৎ নাইদবদগী নখোয়বু খিংই; তৌইগুম্বসুং ঙমদবশিংদি রোজা তৌবা তাই, মরমদি মসিনা য়ুম্বান্নিংবগী ঈথক-ঈহনবু নমথনবা

(٧٢) عَنْ عَبْدِ اللهِ بْنِ مَسْعُوْدٍ قَالَ قَالَ رَسُوْلُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ يَا مَعْشَرَ الشَّبَابِ مَنِ اسْتَطَاعَ مِنْكُمُ الْبَاءَةَ فَلْيَتَزَوَّجْ فَإِنَّهُ أَغَضُّ لِلْبَصَرِ وَأَحْصَنُ لِلْفَرْجِ وَمَنْ لَمْ يَسْتَطِعْ فَعَلَيْهِ بِالصَّوْمِ فَإِنَّهُ لَهُ

পাম্বে ওই।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

وجهه. (بخاري ومسلم)

৭৩। অব্দুল্লাহ্ বিন অমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নখী - ''সংসার পুম্বা নুংঙাইনিঙাই ওই, তৌইগুম্বসুং সংসারদা খ্বাইদগী ফবা পোত্তি অফবা নুপীনি।''
(মুসলিম)

(৭৩) عن عبد الله بن عمرو قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم الدنيا كلها متاع وخير متاع الدنيا المرأة الصالحة. (مسلم)

৭৪। অবু অমামানা অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়রবু পাউদম্নখী - ''অল্লাহবু কিববগী তুংদা মু'মিন অমনা যাথং অমা পীবদা হায়বা ইনবী, য়েংবদা মাবু পেলহন্বী, করিগুম্বা খর তৌননবা তকশিনবদা মঙোন্দা চুম্না তৌবী, মানা লৈতবদা (চখোকখিবদা) মশাবু অমদি মাগী সম্পতিবু পুকচেল শেংনা শেন্নজবী, অফবী নুপী(বিবি)দগী হেন্না ফবা পোৎ অমত্তা ফংদে।'' (ইবন মাজা)

(৭৪) عن أبي أمامة عن النبي صلى الله عليه وسلم أنه يقول ما استفاد المؤمن بعد تقوى الله خيرا له من زوجة صالحة إن أمرها أطاعته وإن نظر إليها سرته وإن أقسم عليها أبرته وإن غاب عنها نصحته في نفسها وماله. (ابن ماجه)

৭৫। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নখী - ''মী অমনা লুহোংলবা মতমদা মহাক্না ধর্মগী থবক তঙ্খাই অমা পাংথোক্লবনি, মবমদুনা লেমহৌবিবা তঙ্খাইদু মহাক্না অল্লাহবু কিসনু।'' (বৈহকী)

(৭৫) عن أنس قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم إذا تزوج العبد فقد استكمل نصف الدين فليتق الله في النصف الباقي. (بيهقي)

## নুপীগী হক

## حقوق النساء

৭৬। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নখী - '' নিপা অমনা মু'মিনা নুপী অমবু তুক্কচরোইদবনি; মহাক্না মাগী (নুপীগী) লমচৎশিংগী মনুংদা অমবু পামদ্রবসু অতোপ্পা অমনদি মহাকপু পেলহনগনি।'' (মুসলিম)

(৭৬) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لا يفرك مؤمن مؤمنة إن كره منها خلقا رضي منها آخر. (مسلم)

৭৭। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - "নুপী অমনা মতম মঙাগী মনাজ পাংথোক্লবা, রমজান থাগী রোজা তৌরবা, মশাগী সতি ঙাক্লবা অমদি মপুরোইবনা হায়বা ইল্লবদি মহাক্না স্বর্গগী থোঙশিংগী মনুংদগী অপাম্বা অমদা চংবা য়াগনি।" (অবু নু'ইম)

٧٧) عن انس قال قال رسول الله صلى
الله عليه وسلم المرأة اذا صلت خمسها
وصامت شهرها واحصنت فرجها و
اطاعت بعلها فلتدخل من اي
ابواب الجنة شاءت۔ (ابو نعيم)

৭৮। আ'ইশানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - "মু'মিনশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মপুং ফাবা ইমান লৈবদি খ্বাইদগী ফজবা লমচৎ চৎপা অমসুং মথোয়গী ইমুং মনুংগী মীশিংদা খ্বাইদগী থৌজাল হৈবা মথোয়শিংদুনি।" (তিরমিজী)

٧٨) عن عائشة قالت قال رسول الله صلى
الله عليه وسلم ان من اكمل المؤمنين
ايمانا احسنهم خلقا والطفهم
باهله۔ (ترمذى)

## নুপী থাইনবা

## الطلاق

৭৯। সৌবাননা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - "কনাগুম্বী নুপী অমনা অচৌবা মরম লৈতনা মপুরোইবদা খাইনবিয়ু হায়রবদি স্বর্গগী মনম মঙোন্দা যৎহল্লোই (থিংগনি)।" (অহমদ, তিরমিজী, অবু দাউদ, ইবন মাজা অমসুং দারিমী)

٧٩) عن ثوبان قال قال رسول الله صلى
الله عليه وسلم ايما امرأة سألت زوجها
طلاقا في غير ما بأس فحرام عليها
رائحة الجنة۔
(احمد۔ ترمذى۔ ابوداؤد۔ ابن ماجه۔ دارمى)

৮০। ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - "আইন্নদি য়াবা অল্লাহনা খ্বাইদগী তুক্কচবদি নুপী থাইনবনি।" (অবু দাউদ)

٨٠) عن ابن عمر ان النبي صلى الله عليه
وسلم قال ابغض الحلال الى الله الطلاق
(ابوداؤد)

৮১। মুআজ বিন জবলনা হায়খি, "অল্লাহগী রসুল(ছ)না

٨١) عن معاذ بن جبل قال قال لي

ঐঙোন্দা হায়বিখি: মুআজ, নীংখা তহন্নবদগী হেন্না মঙোন্দা (অল্লাহদা) নুংশিবা পোৎ অমতা অল্লাহনা মালেম লৈমাইথক্তা শেমখিদে, অদুগা নুপী থাহনবদগী হেন্না মঙোন্দা তুক্কচবা পোৎ অমতা অল্লাহনা মালেম লৈমাইথক্তা শেমখিদে।'' (দারকুটনী)

رسول الله صلى الله عليه وسلم يا معاذ
ما خلق الله شيئا على وجه الأرض أحب
إليه من العتاق ولا خلق الله شيئا
على وجه الأرض أبغض إليه من الطلاق
(دارقطني)

## সাসনগী অমসুং বিচারপতিগী আফিস

## الامارة والقضاء

৮২। অনসনা অল্লাহগী রসুল (ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - '' মুন্না তাও, অমসুং হায়বা ইল্লু, নখোয়গী নথক্তা কিসমিশকুম্বা ( শম খোয়বা) মকোক পাম্বা নেগ্রোগী মীনাই অমনা গর্ভনর ওইরবা ফাওবদা ।'' (বুখারী)

٨٢) عن أنس أن رسول الله صلى الله
عليه وسلم قال اسمعوا وأطيعوا و
إن استعمل عليكم عبد حبشي كأن
رأسه زبيبة.
(بخاري)

৮৩। ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল (ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - '' তাবা অমসুং হায়বা ইনবা মুসলিম নিপাগী মথৌনি, মহাক্না পাম্রবসু পামদ্রবসু অল্লাহগী হায়বা ইন্দবগী থবক পাংথোক্নবা মঙোন্দা য়াথং পীদ্রিমখৈ। অল্লাহগী হায়বা ইন্দবগী য়াথং পীববা মতমদা তারুগনু অমসুং হায়বা ইল্লুগনু।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

٨٣) عن ابن عمر قال قال رسول
الله صلى الله عليه وسلم السمع و
الطاعة على المرء المسلم فيما أحب
وكره ما لم يؤمر بمعصية فإذا أمر
بمعصية فلا سمع ولا طاعة.
(بخاري ومسلم)

৮৪। অব্দুর রহমান বিন সমুরানা হায়খি,'' অল্লাহগী রসুল (ছ)না ঐঙোন্দা হায়বিখি : অৱাংবা ফমগীদমক হায়জরুগনু, মরমদি নঙনা হায়জরুরবা মতুংদা নঙোন্দা

٨٤) عن عبد الرحمن بن سمرة قال قال
لي رسول الله صلى الله عليه وسلم لا تسأل
الإمارة فإنك إن أعطيتها عن مسألة

মদু পীরক্কবদি নপাখক্তনা মদু তৌবা তাই, অদুগা হায়জরক্তনা নঙোন্দা পীরক্কবদি মদু পাংথোকপদা নহাকপু তেংবাংলক্কনি।''                (বুখারী অমসুং মুসলিম)

فإنك إن أعطيتها عن غير مسألة أعنت عليها (بخاري ومسلم)

৮৫। অবু জরনা হায়রম্মী, '' হো অল্লাহগী রসুল। ঐবু গর্ভনরগী ফম হাপ্পীয়ু। ঐগী লেংবান্দা মহাক্কী খুৎনা পোপ থারগা হায়বিখি : হো অবু জর, তশেংনা নহাক শোল্লি অদুগা মসিদি চেকশিন্না ঙাক-শেন্দুনা পায়বা লল্লি, মসিগী তৌফম থোকপদু চপ চানা তৌবা অমসুং মসিদা মশাগী মখৌ নিংথিনা তৌবা মীখক নত্তনদি মসিনা কিয়ামতকী নুমিত্তা ইকাইনিঙাই অমসুং নুংঙাইতনিঙাই ওইগনি।''
(মুসলিম)

(٨٥) عن أبي ذر قال قلت يا رسول الله ألا تستعملني قال فضرب بيده على منكبي ثم قال يا أبا ذر إنك ضعيف وإنها أمانة وإنها يوم القيامة خزي وندامة إلا من أخذها بحقها وأدى الذي عليه فيها (مسلم)

৮৬। অন নবাস বিন সমআননা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - '' শেম্বীববু (মপুবু) হায়বা ইন্দবদা খুৎশেম্নু হায়বা ইনফম থোক্তে।''                (শরহ সুন্নহ)

(٨٦) عن النواس بن سمعان قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لا طاعة لمخلوق في معصية الخالق. (شرح السنة)

৮৭। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - '' মী তরাগী মথক্তা সাসন তৌখিবা মী অদু কিয়ামতকী নুমিত্তা য়োঙ্লিং ফলাং চন্দুনা পুরক্কনি, বিচারপতিনা মহাক্কী চেন লৌথোকপীদ্রিবা, নত্রগা শাথিবা শক্তিনা মহাকপু য়ৈখায়দ্রিবা ফাওবা।''                (দারিমী)

(٨٧) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم ما من أمير عشرة إلا يؤتى به يوم القيامة مغلولا حتى يفك عنه العدل أو يوبقه الجور (دارمي)

৮৮। অবু সইদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - '' কিয়ামতকী নুমিত্তা অল্লাহগী মাইকৈদা খ্বাইদগী নুংশিবা

(٨٨) عن أبي سعيد قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم إن أحب الناس

অমসুং মীয়াম তিনবা মকমদা মহাক্তা (অল্লাহগা) খ্বাইদগী নক্কগদবা মীদি বিচার চুম্না ইমামনি (লুচিংবনি), অদুগা কিয়ামতকী নুমিত্তা অল্লাহনা খ্বাইদগী তুক্কচগদবা শাথিবা দগী কংহনগদবা মীদি মীওৎপা ইমামনি ।''

(তিরমিজী)

إلى الله يوم القيامة وأقربهم منه مجلسا إمام عادل وإن أبغض الناس إلى الله يوم القيامة وأشدهم عذابا إمام جائر.

(ترمذي)

৮৯। অবু সইদনা অল্লাহগী রসুল (ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নমী - '' খ্বাইদগী অখোইবা ধর্মগী লান্দি মীওৎপা নিংথৌগী মাংদা অচুম্বা বা ঙাংবা মীদা লৈ ।''

(তিরমিজী, অবু দাউদ, ইবন মাজা, অহমদ, অমসুং নসাই)

(٨٩) عن أبي سعيد قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم أفضل الجهاد من قال كلمة حق عند سلطان جائر.

(ترمذي، ابو داؤد، ابن ماجه، احمد، نسائي)

৯০ ।অবু ইসহাক্না অল্লাহগী রসুল (ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নমী - ''নখোয়না ওইরক্লিবা মওং অদু নখোয়গী নথক্তা সাসন তৌরক্লিবা মওং অদুমক্নি ।'' (বৈহকী)

(٩٠) عن أبي إسحاق قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم كما تكونون كذلك يؤمر عليكم.

(بيهقي)

৯১ ।ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল (ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নমী -'' নিংথৌদি পৃথ্বীথক্তা তাবা অল্লাহগী মমিনি; মসিদা মহাক্কী (অল্লাহগী) মনাইশিংদগী মরাল লৈবা খুদিংমকপু মরাল চুমথোকই । মহাক্না বিচার চুম্না তৌরবা মতমদা মহাক্না মনা (মহে) ফংগনি অমসুং প্রজাশিংনা তৌবিমল খংবা তাই, অদুগা মহাক্না মীওৎপগী থবক তৌরবদি মঙোন্দা পোৎলুম নল্লবনি অমসুং প্রজাশিংনা খাংবা তাই।'' (বৈহকী)

(٩١) عن ابن عمر أن النبي صلى الله عليه وسلم قال إن السلطان ظل الله في الأرض يأوي إليه كل مظلوم من عباده فإذا عدل كان له الأجر وعلى الرعية الشكر وإذا جار كان عليه الإصر وعلى الرعية الصبر.

(بيهقي)

## বিচারপতিগী থবক

১২। অবুবকরনা অল্লাহগী রসুল (ছ)না অসুম্না হায়বিখিববু তন্নরম্মী- '' বিচারপতিনা মী অনিগী মরক্তা মহাক্না শাওরিঙৈদা রাই পীরোইদবনি। ''

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

১৩। অবুহুরৈরানা অল্লাহগী রসুল (ছ)দগী অসুম্না পাওদন্নরম্মী- ''কনাগুম্বনা মুসলিমশিংগী মনুংদা বিচারপতিবু ফংদ্রিবা ফাওবা খিরবা, অদুগী তুংদা মহাক্কী বিচারপতিনা মহাক্কী মীওৎপগী শক্তিবু নমথৎলবদি মহাক স্বর্গ চৎকনি; অদুগা মহাক্কী মীওৎপগী শক্তিনা মহাক্কী বিচারবু নমথৎলবদি মহাক নরক চৎকনি। ''

(অবু দাউদ)

১৪।অব্দুল্লাহ বিন অবু ঔফানা অল্লাহগী রসুল (ছ)দগী অসুম্না পাওদন্নরম্মী-''বিচারপতিনা ফত্তবা শক্তি শিজিন্নদ্রিবমখৈ মহাক্না অল্লাহগা লোয়নৈ, তৌইগুম্বসুং মহাক্না ফত্তবা শক্তি শিজিন্নরবদি অল্লাহনা মঙোন্দগী খাইদোকই অদুগা শৈটান মশামক্না মঙোন্দা নপশিল্লি ( তোংশিল্লি)।''

(তিরমিজী, ইবন মাজা)

১৫।সইদ বিন নুসাইবনা হায়খি মদুদি মুসলিম অমগা য়হুদী অমগা ওমরগী মাংদা মরৈ য়েৎনখি। মদুদা য়হুদী অদু অচুম্বদা লৈ খন্দুনা মহাক্কী অচুম্বুদুদা রাই পীখি। অদুদগী য়হুদী অদুনা হায়খি, '' ঐনা অল্লাহগী মিং লৌদুনা বাশক্কি মদুদি নহাক্না অচুম্বা রাই পীরে।'' ওমরনা মঙোন্দা শাজেনা

## العمل في القضاء

(٩٢) عن أبي بكرة قال سمعت رسول
الله صلى الله عليه وسلم يقول لا
يقضين حكم بين اثنين وهو
غضبان. (بخاري ومسلم)

(٩٣) عن أبي هريرة قال قال رسول
الله صلى الله عليه وسلم من طلب
قضاء المسلمين حتى يناله ثم غلب
عدله جوره فله الجنة ومن غلب
جوره عدله فله النار.
(أبو داؤد)

(٩٤) عن عبد الله بن أبي أوفى قال
قال رسول الله صلى الله عليه وسلم
إن الله مع القاضي ما لم يجر فإذا
جار تخلى عنه ولزمه الشيطان.
(ترمذي - ابن ماجه).

(٩٥) عن سعيد بن المسيب أن مسلما
ويهوديا اختصما إلى عمر فرأى الحق
لليهودي فقضى له عمر به فقال
له اليهودي والله لقد قضيت بالحق

গোক্রগা হংখি," করিনা মদু নংত্তোন্দা খংহনবগে ?" য়হূদী অদুনা পাউখুমখি, " ঐনা অল্লাহবু পান্নদুনা বাগক্রি মদুদি ঐখোয়না টৌরাত্তা ফংই: বিচারপতি অমতনা মহাক্না অচুম্ববু চেংনা পাইরিবমখে মহাক্কী য়েৎলোমদা ফরিশতা অমা অমসুং ওইরোমদা ফরিশতা অমনা মহাকপু লমজীংবীবা অমসুং মহাক্পু অচুম্বা পাংথোকহন্বা য়ওদনা মহাক্না চুম্না বিচার তৌদে, অদুগ্না মহাক্না অচুম্ববু থাদোক্লবা মতমদা মখোয় কাখৎলি অমসুং মাবু থাদোকই।"

(মালিক)

قضيه عمر بالدرة وقال ما يدريك فقال اليهودي والله انا نجد في التورية انه ليس قاض يقضي بالحق الا كان عن يمينه ملك و عن شماله ملك يسددانه ويوفقانه للحق ما دام مع الحق فاذا ترك الحق عرجا وتركاه۔

مالك

## ৱাথোক অমসুং বিচার

## الاقضية والشهادات

৯৬। ইবন মসউদনা অল্লাহগী রসূল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- " কনাগুম্বা অমনা মুসলিম অমগী লৈজবা মালবু কক্লনবগীদমক ফত্তবা পান্থে লৌখত্তুনা অকনবা ৱাশক শক্লবদি অল্লাহনা মহাকপু কিয়ামতকী নুমিত্তা মহাক্কা ফংনবদা শাওগনি।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٩٦) عن ابن مسعود قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من حلف على يمين صبر وهو فيها فاجر ليقتطع بها مال امرئ مسلم لقي الله يوم القيامة وهو عليه غضبان۔

(بخاري ومسلم)

৯৭। অবু অমামানা অল্লাহগী রসূল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- " কনাগুম্বা অমনা মুসলিম অমগী তশেংনা লৈজবদু ৱাশত্তুনা ককপীরবদি (মাংহনবিরবদি) অল্লাহনা মাগীদমক শোইদনা নরক শেম্রে।" মদুদা নিপা অমনা হংখি, " হো অল্লাহগী রসূল, মদু অপীকপা পোৎ ফাওবদসু অদুম্না তৌগদ্রা?" পাউখুম্বিরকখি,

(٩٧) عن ابي امامة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من اقتطع حق امرئ مسلم بيمينه فقد اوجب الله له النار وحرم عليه الجنة فقال له رجل وان كان شيئا يسيرا يا رسول

"ইরাক পাম্বীদগী চৈ অমা ওইরগ্রবা ফাওবদসু।" | ثُمَّ قَالَ فَإِنْ كَانَ فُرِئْتُمْ أَنْ يُرْمُ مسلم
(মুসলিম)

৯৮। আ'ইশানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- "অল্লাহনা খাইদগী তুকচবা মীদি খাইদগী খৎনগম্বা অমসুং মরৈ য়েৎনগনবা নিপাদুনি।"
(বুখারী অমসুং মুসলিম)

৯৯। অবুজরনা হায়খি মদুদি মহাক্না তাখি অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়বা," কনাগুম্বনা মাগী নত্তববু মাগীনি হায়না দাবী তৌবা মহাক্তি ঐখোয়গী ইরক্তগী নত্তে, অদুগা মহাক মহাক্কী লৈফম নরক্তা লাকসনু।"
(মুসলিম)

## লমন শিংবা

القصاص

১০০। ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- "মু'মিন অমনা আইন্না য়াদবা মওংদা কনাগুম্বা অমবু হাত্রিবা ফাওবা মহাক্না মাগী ধর্মদা মফম চপ চানা লৈখিগনি।" (বুখারী)

১০১। অব্দুল্লাহ বিন মসউদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- "কিয়ামতকী নুমিত্তা মীশিংগী মরক্তা অঁ তাহনবগী বিচার তৌবনা অহানবা হিরম ওইগনি।"
(বুখারী অমসুং মুসলিম)

১০২। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না

পাউদম্নমী- ''কনাগুম্বনা সন্ধি তৌনরবা মীবু হাৎলবদি মহাক্না স্বর্গগী মনম তাবা কংলোই।'' (বুখারী)

رَسُولُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ مَنْ قَتَلَ مُعَاهَدًا لَمْ يَرِحْ رَائِحَةَ الْجَنَّةِ.
(بخاري)

১০৩। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা অল্লাহগী নবী(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নমী- ''সংসার মাংখিবনা অল্লাহদা মুসলিম নিপা অমা হাৎপদগী হয়না লৌই।'' (তিরমিজী অমসুং নসাই)

(١٠٣) عَنْ عَبْدِ اللهِ بْنِ عَمْرٍو أَنَّ النَّبِيَّ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ قَالَ لَزَوَالُ الدُّنْيَا أَهْوَنُ عَلَى اللهِ مِنْ قَتْلِ رَجُلٍ مُسْلِمٍ.
(ترمذي ونسائي)

১০৪। অবু দরদানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নমী- ''অল্লাহগা মান্নবা থৗগা শিবা, নত্রগা মগাগী থৌদা অনিংবগা লোয়ননা মু'মিন নিপা অমবু হাৎপা নত্রবদি অল্লাহনা মহাক্কী (মী অদুগী) পাপ খুদিংমক কোকপীবা যাই।'' (অবু দাউদ অমসুং নসাই)

(١٠٤) عَنْ أَبِي الدَّرْدَاءِ عَنْ رَسُولِ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ قَالَ كُلُّ ذَنْبٍ عَسَى اللهُ أَنْ يَغْفِرَهُ إِلَّا مَنْ مَاتَ مُشْرِكًا أَوْ مَنْ يَقْتُلُ مُؤْمِنًا مُتَعَمِّدًا. (أبو داود ونسائي)

১০৫। অবু হুরৈরাবানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নমী- ''কনাগুম্বনা চীংথক্তগী চোংথরগা মগাবু হাত্তোকচরবদি মহাকপু নরক্কী মৈকোন্দা হুম্বিগনি অমসুং মদুদা মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা লৈগনি, অদুগা কনাগুম্বনা হু থক্রগা মগাবু হাত্তোকচরবদি হু অদু মখুৎনা পাইরগা থক্র থক্রদুনা নরক্কী মৈকোন্দা মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা লৈগনি।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٠٥) عَنْ أَبِي هُرَيْرَةَ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ مَنْ تَرَدَّى مِنْ جَبَلٍ فَقَتَلَ نَفْسَهُ فَهُوَ فِي نَارِ جَهَنَّمَ يَتَرَدَّى فِيهَا خَالِدًا مُخَلَّدًا فِيهَا أَبَدًا وَمَنْ تَحَسَّى سُمًّا فَقَتَلَ نَفْسَهُ فَسُمُّهُ فِي يَدِهِ يَتَحَسَّاهُ فِي نَارِ جَهَنَّمَ خَالِدًا مُخَلَّدًا فِيهَا أَبَدًا.
(بخاري ومسلم)

## আইন্নাশেন্দ্রবা দণ্ডী

১০৬। জৈয়দ বিন খালিদনা হায়খি মদুদি মহাক্না তাখি নবী(ছ)না অসুম্না য়াথংবিখিবা, " লুহোংদ্রিবা নিপা অমনা জিনা তৌরবদি ( ওত্তবা য়ুম্লানবা তৌরবদি) মহাক্না চৈফু চামা ফংগনি অমসুং মহাকপু চহি অমা তাদ্রোক্কদবনি।" (বুখারী)

১০৭। অব্দুল্লাহ বিন ওমরনা হায়খি মদুদি য়হূদীশিংনা অল্লাহগী রসুল(ছ)গী মনাক্তা লাকখি অমসুং মখোয়গী মনুংদা জিনা তৌরুরবা নিপা অমগা নুপী অমগগী মরমদা পল্লম্মী। মহাক্না (হজরতনা) মখোয়দা তৌরাত্তা নুংনা থাবগী মরমদা করি ফংবগে হায়না হংলম্মী। মখোয়না পাউখুমখি মদুদি মখোয়না মখোয়দুবু (জিনাকারীশিংদুবু) ঈকাইবা পীগদবনি অমসুং ফুগদবনি। অব্দুল্লাহ বিন সলামনা হায়খি, " নখোয় মীনম্বা ভাংবনি, মখোয়বু শিবা ফাওবা নুংনা থাগদবনি হায়বা মদুদা য়াওই, মরম অদুনা টৌরাত পুরকউ।" মখোয়না মদু ফাক্তোক্লম্মী অমসুং মখোয়গী মরক্তগী অমনা মহাক্কী খৎ নুংনা থাবগী পদ্য অদুগী মথক্তা থম্লগা মদুগী মথক অমসুং মখাদা য়াওরিবদু পারম্মী। অব্দুল্লাহ বিন সলামনা মহাক্কী খুৎ থাঙৎনবা হায়রম্মী অমসুং মহাক্না অদুম্না তৌরবদা নুংনা থাবগী পদ্য মতম অদুদা উখি। অদুদগী মখোয়না হায়খি, "মুহম্মদ, মহাক্না চুম্না হায়রে; মসিদা নুংদা থাবগী পদ্য য়াওই।" অদুদগী নবী(ছ)না য়াথংবিরম্মী অমসুং মখোয়বু শিবা ফাওবা নুংনা থারম্মী।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

## الحدود

١٠٦ عن زيد بن خالد قال سمعت النبي صلى الله عليه وسلم يأمر فيمن زنى ولم يحصن جلد مائة وتغريب عام. (بخاري)

١٠٧ عن عبد الله بن عمر أن اليهود جاءوا إلى رسول الله صلى الله عليه وسلم فذكروا له أن رجلا منهم وامرأة زنيا فقال لهم رسول الله صلى الله عليه وسلم ما تجدون في التوراة في شأن الرجم قالوا نفضحهم ويجلدون قال عبد الله بن سلام كذبتم إن فيها الرجم فأتوا بالتوراة فنشروها فوضع أحدهم يده على آية الرجم فقرأ ما قبلها وما بعدها فقال عبد الله بن سلام ارفع يدك فرفع فإذا فيها آية الرجم فقالوا صدق يا محمد فيها آية الرجم فأمر بهما النبي صلى الله عليه وسلم فرجما. (بخاري ومسلم)

১০৮। ইব্‌ন অববাসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - " লূতকী মীশিংনা তৌখিবা অদুগুম্না তৌবা মী নখোয়না ফংলবদি তৌবা মী অদুবু অমসুং তৌকম ওইবা মী অদুবু হাৎলু।" (তিরমিজী অমসুং ইবন মাজা)

(١٠٨) عن ابن عباس قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من وجدتموه يعمل عمل قوم لوط فاقتلوا الفاعل والمفعول به - (ترمذي، ابن ماجه)

১০৯। অমর ইবন আসনা হায়রম্মী মদুদি মহাক্না তাখি অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়বিখিবা, "চাকতাংবনা মখোয়দা দণ্ডী পীরকপা য়াওদবা মীশিংগী মরক্তা জিনা তৌবা উরোই, অদুগা খমথেংনা অকিবনা দণ্ডী পীরকপা য়াওদবা মীশিংগী মরক্তা শেঙ্গাবা উরোই।"

(অহমদ)

(١٠٩) عن عمرو بن العاص قال سمعت رسول الله صلى الله عليه وسلم يقول ما من قوم يظهر فيهم الزنا الا اخذوا بالسنة وما من قوم يظهر فيهم الرشا الا اخذوا بالرعب - (احمد)

১১০। ইবন অববাসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "অচৌবা অমসুং লেম্রবা অল্লাহনা নিপা নম্রগা নুপীদা মতাও তৌবা নিপাবু য়েংলোই ( খৌজালগী মিৎয়েং তাবিরোই)।" (তিরমিজী)

(١١٠) عن ابن عباس ان رسول الله صلى الله عليه وسلم قال لا ينظر الله عز وجل الى رجل اتى رجلا او امرأة في دبرها - (ترمذي)

## দণ্ডী কায়থোকপা

## الشفاعة في الحدود

১১১। উবাদা বিন অস সামিতনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- " নক্লবা মরী-মতা ওইরবসু অদুগা অথাপ্পগী ওইরবসু অল্লাহনা লেপ্পা দণ্ডী পীয়ু অমসুং অল্লাহনা লেপ্পা দণ্ডীগী মরমদা নখোয়দগ্গী লাকপা কনা অমতগী বাকৎ লৌগনু।" (ইব্‌ন মাজা)

(١١١) عن عبادة بن الصامت قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم اقيموا حدود الله في القريب والبعيد ولا تأخذكم في الله لومة لائم - (ابن ماجه)

১১২। আ'ইশানা হায়খি মদুদি কুরৈশশিংনা হরাম্বা তৌখিবী মখজুমী নুপীগী মরমদা খোইরাংখি অমসুং মখোয়না হায়খি, "মহাক্কী মরমদা অল্লাহগী রসুল(ছ)দা কনানা হায়গনি।" অদুদগী মখোয়না হায়খি, "অল্লাহগী রসুল(ছ)গী মরূপ উসামা বিন জৈয়দ নত্তনা কনানা মদুগীদমক থৌনা ফবা ঙমগনি, মরমদুনা উসামানা হজৎলুবদা অল্লাহগী রসুল(ছ)না হায়বিখি, "অল্লাহনা লেপ্পা দণ্ডীশিংগী মনুংদগী অমবু নখোয়না কায়থোক্লিব্রা?" অদুদগী মহাক্না (হজরতনা) লেপখৎখি অমসুং মখোয়বু কৌরগা হায়বিখি, "নখোয়গী নপা-নপুনা থুগাইরম্লিবদি মখোয়গী মরক্তা অচৌবা মীনা হুরাল্লুরগা মহাকথক্তবু থাদোকপা অদুগা মখোয়গী মরক্তা অশোনবা মীনা হুরাল্লুরগনা মখোয়না মাবু অরেপ্পা দণ্ডী পীবা অসিনি। ঐনা অল্লাহ পল্লদুনা বাশক্কি মদুদি মুহম্মদকী মচানুপী ফাতিমানা হুরাল্লম্রবদি মহাক্কী মখুৎ কক্লমগনি।"

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١١٢) عن عائشة أن قريشا أهمهم
شأن المرأة المخزومية التي سرقت
فقالوا من يكلم فيها رسول الله صلى الله
عليه وسلم فقالوا ومن يجترئ عليه
إلا أسامة بن زيد حب رسول الله صلى
الله عليه وسلم فكلمه أسامة فقال رسول
الله صلى الله عليه وسلم أتشفع في حد
من حدود الله ثم قام فاختطب ثم قال
إنما أهلك الذين قبلكم أنهم كانوا إذا
سرق فيهم الشريف تركوه وإذا سرق
فيهم الضعيف أقاموا عليه الحد و
ايم الله لو أن فاطمة بنت محمد سرقت
لقطعت يدها.

(بخاري ومسلم)

## খুৎলাই চেকশিনবা

## الاحتياط في السلاح

১১৩। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী-"নখোয়গী মনুংদা কনা অমত্তনা মহাক্কী মচিন-মনাওদা খুৎলাই নিশান থক্লোইদবনি, মরমদি মহাক্না খংদে মদুদি মহাক্কী মখুত্তা মদু লৈরিঙৈদা শৈটান্না মদু কাপথোরকপা য়াই,

(١١٣) عن أبي هريرة قال قال رسول
الله صلى الله عليه وسلم لا يشير أحدكم
على أخيه بالسلاح فإنه لا يدري
لعل الشيطان ينزع في يده فيقع في

অদুনা মরম ওইদুনা মহাক নরক্কী কোমদা তাগনি।''
(বুখারী অমসুং মুসলিম)

حفرة من النار (بخاري ومسلم)

১১৪। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নখী- ''কনাগুম্বনা মচিন-মনাওদা য়োৎ মচেৎ অমনা নিশান তৌরবদি মদু থমদ্রিবমখৈ ফরিশতাশিংনা মহাকপু শিরপ তৌই, মদু মপা-মমা অমতনা পোকপা মচিন-মনাও ওইরবা ফাওবদনি।'' (বুখারী)

(١١٤) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من أشار إلى أخيه بحديدة فإن الملائكة تلعنه حتى يضعها وإن كان أخاه لأبيه وأمه. (بخاري)

১১৫। ইবন ওমর অমসুং অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নখী- ''কনাগুম্বনা ঐখোয়দা খুৎলাই নিশান থম্লবদি মহাক ঐখোয়গী ইরক্তগী নত্তে, অদুগা ঐখোয়দা পুকচেল শেংদনা তৌবা মহাক্তি ঐখোয়গী ইরক্তগী নত্তে।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١١٥) عن ابن عمر وأبي هريرة عن النبي صلى الله عليه وسلم قال من حمل علينا السلاح فليس منا ومن غشنا فليس منا. (بخاري ومسلم)

১১৬। জাবিরনা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না শত্তোক্লবা থাংশাং কনাগুম্বগী মখুত্তা পীন্নবা থিংলম্মী।''
(তিরমিজী অমসুং অবু দাউদ)

(١١٦) عن جابر قال نهى رسول الله صلى الله عليه وسلم أن يتعاطى السيف مسلولا. (ترمذي - ابوداود)

## মীথুংগী শেবা

## الضيافة

১১৭। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নখী- '' অল্লাহবু অমসুং কিয়ামতকী নুমিৎপু থাজবা মহাক্তি মীথুংবু ঈকাই খুম্নগদবনি; অল্লাহবু অমসুং কিয়ামতকী নুমিৎপু থাজবা মহাক্তি মহাক্কী য়ুম্নোম্লববু নুংঙাইরোইদবা তৌরোইদবনি, অদুগা অল্লাহবু অমসুং

(١١٧) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من كان يؤمن بالله واليوم الآخر فليكرم ضيفه ومن كان يؤمن بالله واليوم الآخر فلا يؤذ جاره ومن كان يؤمن بالله واليوم

কিয়ামতকী নুমিৎপু থাজবা মহাক্তি অৱবা হায়গদবনি নত্রগা তুমিন্না লৈগদবনি।''  (বুখারী অমসুং মুসলিম)

الآخِرِ فَلْيَقُلْ خَيْرًا أَوْ لِيَصْمُتْ.
(بخاري ومسلم)

১১৮। অবু শুরৈহ অল ক'বীনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- '' অল্লাহবু অমসুং কিয়ামতকী নুমিৎপু থাজবা মহাক্তি মীথুংবু ঈকাই খুম্নগদবনি, লম্বীদা চান-থক্নবা পীবা হায়বসি নুংথিন অমা অমসুং অহিং অমগীদমক ওইগনি; মীথুংগী থৌগল নুমিৎ হুম্রি চথে, মদুদগী হেনবদুদি দান ওই, অদুগা মীথুং অমনা মশাবু অরুম্বা পোৎলুম ওইহনবা ফাওবা পাদুনা লৈবা য়াফম থোক্তে।''

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١١٨) عَنْ أَبِي شُرَيْحٍ الْكَعْبِيِّ أَنَّ رَسُوْلَ اللهِ
صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ قَالَ مَنْ كَانَ يُؤْمِنُ
بِاللهِ وَالْيَوْمِ الْآخِرِ فَلْيُكْرِمْ ضَيْفَهُ جَائِزَتُهُ
يَوْمٌ وَلَيْلَةٌ وَالضِّيَافَةُ ثَلٰثَةُ أَيَّامٍ فَمَا بَعْدَ
ذٰلِكَ فَهُوَ صَدَقَةٌ وَلَا يَحِلُّ لَهُ أَنْ يَثْوِيَ
عِنْدَهُ حَتّٰى يُحْرِجَهُ.
(بخاري ومسلم)

১১৯। অববুল অহৱস অল জুশামীনা মপাদা হায়খি মদুদি মহাক্না অসুম্না হংখি- '' হে অল্লাহগী রসুল ! ঐবু তরাম্না তৌদবা, নত্রগা মীথুংগী থৌগল তৌদবা নিপা অমা থেংনরবদি, অদুগা মতুংদা মহাক্না ঐগীদা লাকপদা ঐনা মাবু তরাম্না তৌগদরা, নত্রগা ঐঙোন্দা তৌখিবগুম তৌগদ্রা?'' মহাক্না খুম্বীরকখি - নত্তে, মাবু তরাম্না তৌ।''

(তিরমিজী)

(١١٩) عَنْ أَبِي الْأَحْوَصِ الْجُشَمِيِّ عَنْ
أَبِيْهِ قُلْتُ يَا رَسُوْلَ اللهِ أَرَأَيْتَ إِنْ
مَرَرْتُ بِرَجُلٍ فَلَمْ يَقْرِنِيْ وَلَمْ يُضِفْنِيْ
ثُمَّ مَرَّ بِيْ بَعْدَ ذٰلِكَ أَقْرِيْهِ أَمْ أَجْزِيْهِ
قَالَ بَلْ أَقْرِهِ.
(ترمذي)

১২০। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- ''নিপা অমনা মহাক্কী মীথুংবু লোয়নরগা থোঙলোমদা চংমিন্নগদবনি।''  (ইবন মাজা, বৈহকী)

(١٢٠) عَنْ أَبِي هُرَيْرَةَ قَالَ قَالَ رَسُوْلُ
اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ مِنَ السُّنَّةِ
أَنْ يَخْرُجَ الرَّجُلُ مَعَ ضَيْفِهِ إِلٰى بَابِ
الدَّارِ.
(ابن ماجه وبيهقي)

১২১। ওমর বিন খটাবনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "পুম্না চামিম্রো অমসুং খাইদোক্নগনু মরমদি খোইদোকপা মঙোলদি অপুন্বদা লৈ।" (ইবন মাজা)

(١٢١) عن عمر بن الخطاب قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم كلوا جميعا ولا تفرقوا فإن البركة مع الجماعة (ابن ماجة)

## চাবগী মওং

## الأطعمة

১২২। ওমর বিন অবু সলমানা হায়খি, "অল্লাহগী রসুল(ছ)গী নাওকোন মখাদা ঐ অঙাং ওইরম্মী, অদুগা ঐনদে পুখমদা ঐগী খুৎ কোইহাই হায়বদুদা মহাক্না ঐঙোন্দা হায়বিরকখি; অল্লাহগী মমিং লৌ, নখুৎ য়েৎনা চাও অদুগা নংগা হেক খংনবদুদগী চাও।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٢٢) عن عمر بن أبي سلمة قال كنت غلاما في حجر رسول الله صلى الله عليه وسلم وكانت يدي تطيش في الصحفة فقال لي رسول الله صلى الله عليه وسلم سم الله وكل بيمينك وكل مما يليك. (بخاري ومسلم)

১২৩। ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "নখোয়গী মনুংদা কনাগুম্বনা চাবা মতমদা মহাক্না য়েৎকী খুৎনা চাগদবনি অমসুং থকপা মতমদা য়েৎকী খুৎনা থক্কদবনি।" (মুসলিম)

(١٢٣) عن ابن عمر قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم إذا أكل أحدكم فليأكل بيمينه وإذا شرب فليشرب بيمينه. (مسلم)

১২৪। অবু জুহৈফানা অল্লাহগী রসুল(ছ)না হায়খিবদু অসুম্না পাউদম্রম্মী-"ঐ ঙাথরগা চাদে।" (বুখারী)

(١٢٤) عن أبي جحيفة قال قال النبي صلى الله عليه وسلم لا آكل متكئا. (بخاري)

১২৫। অনসনা হায়রম্মী মদুদি নবী(ছ)না অল্লাহগা ফংনখিবা ফাওবদা অপাবা তন অমসুং হামেংশা

(١٢٥) عن أنس قال ما أعلم النبي صلى الله عليه وسلم رأى رغيفا مرققا حتى

ঙৌখোং খোংদুনা চাবা থক উবা খংলমদে।

(বুখারী)

بِاللهِ وَلَا أَرَى شَاةً سَمِيطًا بِعَيْنِهِ قَطُّ.
(بخاري)

১২৬। অবু হুরৈরানা হায়রম্মী মদুদি নবী(ছ)না চীঞ্জাকপু য়ানিংদবা থক কোংদোক্লমদে; মহাক্না মদু পাম্রবদি চারম্মী অদুগা পামদ্রবদি মদুখক থম্রম্মী।''

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٢٦) عَنْ أَبِي هُرَيْرَةَ قَالَ مَا عَابَ النَّبِيُّ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ طَعَامًا قَطُّ إِنِ اشْتَهَاهُ أَكَلَهُ وَإِنْ كَرِهَهُ تَرَكَهُ.
(بخاري ومسلم)

## থকপগী মওং

## الأشربة

১২৭। অনসনা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী নবী(ছ)না থকপা মতমদা স্বর অহুম্রক হোন্দোক্লম্মী।''

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٢٧) عَنْ أَنَسٍ قَالَ كَانَ رَسُولُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ يَتَنَفَّسُ فِي الشَّرَابِ ثَلَاثًا
(بخاري ومسلم)

১২৮। অনসনা হায়রম্মী মদুদি নবী(ছ)না নিপা অমবু লেপ্না থকপা খিংলম্মী।''

(মুসলিম)

(١٢٨) عَنْ أَنَسٍ عَنِ النَّبِيِّ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ أَنَّهُ نَهَى أَنْ يَشْرَبَ الرَّجُلُ قَائِمًا
(مسلم)

১২৯। ইবন অববাসনা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না পাত্রদা স্বর হোজ্জিনবা নত্রগা স্বর কামশিনবা খিংলম্মী।''

(অবু দাউদ, ইবন মাজা)

(١٢٩) عَنِ ابْنِ عَبَّاسٍ قَالَ نَهَى رَسُولُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ أَنْ يُتَنَفَّسَ فِي الْإِنَاءِ أَوْ يُنْفَخَ فِيهِ.
(ابوداود وابن ماجة)

১৩০। ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- ''নখোয়না তুম্বা মতমদা ইমুংদা চাক্লিবা মৈ থনমগনু।''

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٣٠) عَنِ ابْنِ عُمَرَ عَنِ النَّبِيِّ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ قَالَ لَا تَتْرُكُوا النَّارَ فِي بُيُوتِكُمْ حِينَ تَنَامُونَ.
(بخاري ومسلم)

## অনাবা হংবা

## عيادة المريض

১৩১। অবু মুসানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নরম্মী - ''অরাম্ববু পীজৌ, অনাবা হংবা চৎলু অমসুং বণ্ডীবু থাদোকউ।'' (বুখারী)

(١٣١) عن أبي موسى قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم أطعموا الجائع وعودوا المريض وفكوا العاني
(بخاري)

১৩২। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নরম্মী - ''মুসলিম অমগী মথৌ মণা লৈ: সলামী ওকপা, অনাবা হংবা, জনাজা পাংথোকপা, র্বাতন লৌবা অদুগা কনাগুম্বনা হাকথি থনবদা হায়মু - নহাকপু অল্লাহনা থৌজানবীসনু।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٣٢) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم حق المسلم على المسلم خمس رد السلام وعيادة المريض واتباع الجنائز وإجابة الدعوة وتشميت العاطس
(بخاري ومسلم)

১৩৩। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নরম্মী মদুদি কিয়ামতকী নুমিত্তা অল্লাহ অচৌবনা হায়গনি, '' আদমগী মচা ! ঐ নারম্মী অদুগা নঙনা ঐবু উনবা লাকখিদে।'' মহাক্না হায়গনি, ''ঐগী মপু। নহাক্না তাইবং পান্বা পুম্বগী মপু ওইরগা ঐনা নহাকপু করম্না উনবা ঙম্মগদগে ?'' মহাক্না ( অল্লাহনা) হায়গনি, ''ঐগী ইনাই হোংবা চাওবদু নারম্মী হায়বা নঙ খংলমদ্রা ? অদুগদি নঙনা মাবু উনখিদে। নঙনা চত্লুনা মাবু উনরম্লবদি নঙনা ঐবু মাগীদা ফংলমগনি হায়বা নঙ খংলমদ্রা ?''

(মুসলিম)

(١٣٣) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم إن الله تعالى يقول يوم القيامة يا ابن آدم مرضت فلم تعدني قال يا رب كيف أعودك وأنت رب العالمين قال أما علمت أن عبدي فلانا مرض فلم تعده أما علمت أنك لو عدته لوجدتني عنده.
(مسلم)

১৩৪। ওমর বিন খটাবনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নরম্মী-'' নঙনা অনাবা হংবা চৎপা মতমদা মঙোন্দা

(١٣٤) عن عمر بن الخطاب قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم إذا دخلت

নঙগীদমক দুআ (নীজবা) তৌবিয়ু হায়য়ু, মরমদি মাগী দুআদি করিশতাগিংগীগুম্বনি।''  (ইবন মাজা)

فِي نَفْسِي شَيْئًا إِلَّا أَنَّ دَعْوَةً
لَسْتُ أَتْرُكُهُ- (ابن ماجة)

## সলামী

## السلام

নহাক শান্তি ফংসনু।

নহাকপুসু শান্তি অমসুং অল্লাহগী থৌজাল ফংহনবিসনু।

السَّلَامُ عَلَيْكُمْ-

وَعَلَيْكُمُ السَّلَامُ وَرَحْمَةُ اللّٰهِ-

১৩৫। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা হায়রম্মী মদুদি নিপা অমনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দা অসুম্না হায়খি-"ইসলামগী করম্ব হিরম্না খ্বাইদগী ফবগে?" মহাক্না পাউখুম্বীরকখি, "নঙনা খংবা অমসুং খংদবা মখোয় অনিমক্তা চাক পীজগদবনি অমসুং সলাম তৌগদবনি।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٣٥) عَنْ عَبْدِ اللّٰهِ بْنِ عَمْرٍو أَنَّ رَجُلًا سَأَلَ رَسُولَ اللّٰهِ صَلَّى اللّٰهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ أَيُّ الْإِسْلَامِ خَيْرٌ قَالَ تُطْعِمُ الطَّعَامَ وَتَقْرَأُ السَّلَامَ عَلَى مَنْ عَرَفْتَ وَمَنْ لَمْ تَعْرِفْ- (بخاري ومسلم)

১৩৬। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "মু'মিন অমনা মু'মিন অমদা চৎকদবা অফবা লিচৎ তরুক লৈ: নারবা মতমদা মহাক্না মাবু উনগদবনি, শিবা মতমদা মহাক্না চৎকদবনি, মী অমগী বার্তন মহাক্না লৌগদবনি, মহাকপু উনবদা সলাম তৌগদবনি; মহাক্না হাকথি খন্বা মতমদা হায়য়ু- নহাকপু অল্লাহনা থৌজাম্বীসনু, অদুগা মহাক লৈত্রবসু, লৈরবসু মঙোন্দা পুকচেল শেংনা তৌবিয়ু।" (নসাই)

(١٣٦) عَنْ أَبِي هُرَيْرَةَ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللّٰهِ صَلَّى اللّٰهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ لِلْمُؤْمِنِ عَلَى الْمُؤْمِنِ سِتُّ خِصَالٍ يَعُودُهُ إِذَا مَرِضَ وَيَشْهَدُهُ إِذَا مَاتَ وَيُجِيبُهُ إِذَا دَعَاهُ وَيُسَلِّمُ عَلَيْهِ إِذَا لَقِيَهُ وَيُشَمِّتُهُ إِذَا عَطَسَ وَيَنْصَحُ لَهُ إِذَا غَابَ وَشَهِدَ- (نسائي)

১৩৭। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "খোঙনা চৎপা মীবু তোংদুনা চৎপা মীনা সলাম তৌগদবনি, ফমদুনা লৈবা মীবু চৎপা মীনা সলাম

(١٣٧) عَنْ أَبِي هُرَيْرَةَ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللّٰهِ صَلَّى اللّٰهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ يُسَلِّمُ الرَّاكِبُ عَلَى الْمَاشِي وَالْمَاشِي عَلَى الْقَاعِدِ

তৌগদবনি অদুগা য়ামদবা মী কাওনুপ্পা মী য়াম্না কাওনুপ্পু সলাম তৌগদবনি।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

والقليل على الكثير. (بخاري ومسلم)

১৩৮। অনসনা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)দা পাখঙ খরবু লাম্দুনা চৎপদা মহাক্না মখোয়দা সলাম তৌরম্মী।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٣٨) عن أنس أن رسول الله صلى الله عليه وسلم مر على غلمان فسلم عليهم. (بخاري ومسلم)

১৩৯। উসামা বিন জৈয়দনা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না মুসলমানশিং, মূর্তি লাৎপা অল্লাহগা মান্নবা থম্বা মীশিং অমসুং য়হুদীশিংগী য়ানশিল্লবা মী কাওনুপ অমা লাম্দুনা চৎলম্মী, অদুগা মখোয়বু সলাম তৌরম্মী।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٣٩) عن أسامة بن زيد أن رسول الله صلى الله عليه وسلم مر بمجلس فيه أخلاط من المسلمين والمشركين عبدة الأوثان واليهود فسلم عليهم. (بخاري ومسلم)

১৪০। ইমরান বিন হুসেন্না হায়রম্মী মদুদি নিপা অমা নবী(ছ)গীদা লাকখি অমসুং হায়খি," অদোমবু সলাম তৌজরি।" মহাক্না সলাম ওক্লম্মী, অদুগা নিপাদুনা ফমথবা মতমদা হায়রম্মী, "তরা।" অতোপ্পা নিপা অমা লাকখি অমসুং হায়খি, " অদোম শান্তি অমসুং অল্লাহগী থৌজাল ফংসনু।" মহাক্না সলাম ওক্লম্মী, অদুগা নিপাদুনা ফমথবা মতমদা হায়বিরম্মী, "কুন।" অতোপ্পা নুপা অমসু লাকখি অমসুং হায়খি, "অদোম শান্তি, অল্লাহগী থৌজাল অমসুং মঙ্গল ফংসনু।" মহাক্না সলাম ওক্লম্মী, অদুগা নুপাদুনা ফমথবা মতমদা হায়বিরম্মী, "কুন্থ্রা।" (মশীংসি অফবা থবক্কী মহে তরা খোক্না ফংগনি হায়বদুগা মরী লৈনৈ।) (তিরমিজী)

(١٤٠) عن عمران بن حصين أن رجلا جاء إلى النبي صلى الله عليه وسلم فقال السلام عليكم فرد عليه ثم جلس فقال النبي صلى الله عليه وسلم عشر ثم جاء آخر فقال السلام عليكم ورحمة الله فرد عليه فجلس فقال عشرون ثم جاء آخر فقال السلام عليكم ورحمة الله وبركاته فرد عليه فجلس فقال ثلاثون. (ترمذي)

১৪১। অবু উমামানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী - ''অল্লাহগা খ্বাইদগী নক্লবা মীশিংদি অহানবা সলাম তৌবা মীশিংদুনি।''

(অহমদ,তিরমিজী অমসুং অবু দাউদ)

(١٤١) عن أبي أمامة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم إن أولى الناس بالله من بدأهم بالسلام
(احمد والترمذي وابو داود)

১৪২। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী - ''ইচা ইবুংঙো। নঙনা নঙগী ইমুং মনুংদা চংবদা সলাম তৌ! মসিনা নঙগী অমসুং নঙগী ইমুং মনুংগী মঙ্গল ওইগনি।'' (তিরমিজী)

(١٤٢) عن أنس قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم يا بني إذا دخلت على أهلك فسلم يكون بركة عليك وعلى أهل بيتك - (الترمذي)

## লেপথৎপা

## القيام

১৪৩। ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী - ''নিপা অমনা অতোপ্পা অমবু হৌগৎহল্লগা মহাক মশাগী মফমদা কনশিল্লোইদবনি, তৌইগুম্বসুং নহাক্না পাকথোকহল্লগা নফম শেমগদবনি।''

(বুখাবী অমসুং মুসলিম)

(١٤٣) عن ابن عمر عن النبي صلى الله عليه وسلم قال لا يقيم الرجل الرجل من مجلسه ثم يجلس فيه ولكن تفسحوا وتوسعوا -
(بخاري ومسلم)

১৪৪। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী - ''কনাগুম্বা অমনা মহাক্না ফম্নন্নিবা মফমদগী হৌগৎলগা তুংলোমদা হন্থরক্লবদি মহাক্না মদুদা খ্বাইদগী হেন্না অধিকার লৈ।'' (মুসলিম)

(١٤٤) عن أبي هريرة أن رسول الله صلى الله عليه وسلم قال من قام من مجلسه ثم رجع إليه فهو أحق به -
(مسلم)

১৪৫। অনসনা হায়খি মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী মখোয়বু হেন্না নুংশিবা কনাঅমত্ৰ লৈরমদে, তৌইগুম্নসুং মখোয়না

(١٤٥) عن أنس لم يكن شخص أحب إليهم من رسول الله صلى الله عليه وسلم

মাবু উবা মতমদদি মখোয়না হৌগৎলমদে মরমদি মহাক্না পামনবদু মখোয়না খংলমই।'' (তিরমিজী)

[illegible]
[illegible] (ترمذی)

১৪৬। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্বা পাউদম্লম্মী- ''মী অনিগী মরক্তা মখোয়গী অয়াবা য়াওদনা মী অমা চংলকপা য়াবদ্র থোক্তে।'' (তিরমিজী)

(١٤٦) عن عبد الله بن عمرو عن رسول
الله صلى الله عليه وسلم قال لا يحل
لرجل أن يفرق بين اثنين إلا بإذنهما
(ترمذی)

## অফবা অমসুং মরী-মতাগী লীপুন

## البر والصلة

১৪৭। অবু হুরৈরানা হায়রম্মী মদুদি নিপা অমনা হায়খি, ''অল্লাহগী রসুল। ঐনা কনাবু খ্বাইদগী চান্নবা মরুপ ওইবম থোকপগে ?'' মহাক্না পাউখুম্নীখি, ''নমানি ।'' মহাক্না হায়খি, '' অদুগী মথৎংদদি কনা লাকপগে ?'' পাউখম্নীখি, '' নমানি।'' মহাক্না হায়খি, '' অদুগী মথৎংদদি কনা লাকপগে ?'' পাউখম্নীখি, '' নমানি।''মহাক্না অমুকসু হায়খি, '' অদুগী মথৎংদদি কনা লাকপগে ?'' পাউখুম্নীখি, ''নপানি।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٤٧) عن أبي هريرة قال قال رجل
يا رسول الله من أحق بحسن صحابتي
قال أمك قال ثم من قال أمك قال
ثم من قال أمك قال ثم من قال
أبوك. (بخاری ومسلم)

১৪৮। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্বা পাউদম্লম্মী- ''মহাক অতোব্বা থাক্তা লৈসনু(চোপসনু); মহাক অতোব্বা থাক্তা লৈসনু; মহাক অতোব্বা থাক্তা লৈসনু!'' মঙোন্দা (হজরত্তা) হংখি, ''হো, অল্লাহগী রসুল। কনাবু ওইরবনো?'' পাউখুম্নীখি, ''মমা-মপা অনিমক নত্রগা অমা অহল ওইরবা মতম ফাওবা লৈরগা স্বর্গ চংদবা মী অদুবুনি।'' (মুসলিম)

(١٤٨) عن أبي هريرة قال قال رسول
الله صلى الله عليه وسلم رغم أنفه
رغم أنفه رغم أنفه قيل من يا
رسول الله قال من أدرك والديه عند
الكبر أحدهما أو كلاهما ثم لم يدخل
الجنة. (مسلم)

১৪৯। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "নিপা অমনা মমা-মপাবু হজোইনা শাংনবদি অচৌবা পাপশিংগী মনুংদা অমনি।" ময়াম্না হংখি, "হো অল্লাহগী রসুল। নিপা অমনা মমা-মপাবু চৈ-থাংবরনে?" মহাক্না পাউখুম্মখি, "হোই, মহাক্না নিপা অমগী মপাবু চৈ-থাংই, অদুদগী নিপাদুনা মপাবু অমুক চৈ-থাংই অমসুং মহাক্না নিপা অমগী মমাবু চৈ-থাংই, অদুদগী নিপাদুনা মমাবু অমুক চৈ-থাংই।"

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٤٩) عن عبد الله بن عمرو قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من الكبائر شتم الرجل والديه قالوا يا رسول الله وهل يشتم الرجل والديه قال نعم يسب الرجل ابا الرجل فيسب اباه ويسب امه فيسب امه. (بخاري ومسلم)

১৫০। জুবের বিন মুতিমনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "(মরী-মতাগী লীপুনবু) ককথংপা মহাক্তি স্বর্গ চংলোই।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٥٠) عن جبير بن مطعم قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لا يدخل الجنة قاطع. (بخاري ومسلم)

১৫১। অব্দুল্লা বিন অমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "মপাগী ফজনা পেন্নদা মপুগী ফজনা পেন্না লৈ, অদুগা মপাগী পেন্দবদা মপুগী পেন্দবা লৈ।"

(তিরমিজী)

(١٥١) عن عبد الله بن عمرو قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم رضى الرب في رضى الوالد وسخط الرب في سخط الوالد. (ترمذي)

১৫২। অবু উমামানা হায়খি মদুদি নিপা অমনা হংখি, "হো অল্লাহগী রসুল। মপা-মমাগী দাবী মচাশিংদগী করি লৈবগে?" পাউখুম্মখি, "মখোয়দি নখোয়গী স্বর্গনি অমসুং নরক্নি।" (ইবন মাজা)

(١٥٢) عن ابي امامة ان رجلا قال يا رسول الله ما حق الوالدين على ولدهما قال هما جنتك ونارك. (ابن ماجه)

১৫৩। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- নচিন-ননাওবু তেংবাংউ, মহাক্না লান্না তৌরবসু নত্রগা লান্নবসু।" মদুদা নিপা অমনা হায়খি, "হো অল্লাহগী রসুল।

(١٥٣) عن انس قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم انصر اخاك ظالما او مظلوما

মহাক্না লান্নবদা ঐনা মাবু তেংবাংই, তৌইগুবসুং মহাক্না লান্না তৌরবদা ঐনা করম্না তেংবাংগদগে?'' পাউখুমখি- '' মহাক্না লান্না তৌরকপদু নঙনা খিংবা ওমই। মদুনি মঙোন্দা নঙগী তেংবাং হায়রবদু।''

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

قال رجل يا رسول الله أنصره مظلوما فكيف أنصره ظالما قال تمنعه من الظلم فذلك نصرك إياه

(بخاری ومسلم)

১৫৪। ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লমী- '' মুসলিমদি মুসলিমগী মচিন-মনাওনি; মহাক্না মাবু লান্না তৌদে নত্রগা মাবু থদোক্তে। কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী মচিন-মনাওগী দরকার ওইবদু ঙাকপী-শেন্বীরবদি অল্লাহনা মহাক্কী দরকার ওইবদু ঙাকপী-শেন্বীগনি; কনাগুম্বনা মচিন-মনাওগী অৱা-খোইরাংববু লৌথোকপীরবদি অল্লাহনা মঙোন্দগী কিয়ামতকী নুমিৎকী অৱা-খোইরাংবশিংগী মনুংদগী অমা লৌথোকপীগনি, অদুগা কনাগুম্বনা মুসলিম অমগী অরোন্বশিংবু লোংশিনবিরবদি অল্লাহনা মহাক্কী অরোন্বশিংবু কিয়ামতকী নুমিত্তা লোংশিনবিগনি।''

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

١٥٤- عن ابن عمر أن رسول الله صلى الله عليه وسلم قال المسلم أخو المسلم لا يظلمه ولا يسلمه ومن كان في حاجة أخيه كان الله في حاجته ومن فرج عن مسلم كربة فرج الله عنه كربة من كربات يوم القيامة ومن ستر مسلما ستره الله يوم القيامة.

(بخاری ومسلم)

১৫৫। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লমী- '' মহাক্কী খুত্তা ঐগী থৱাই লৈরিবা মাবু পান্নদুনা হায়রিবনি: মশামক্কী ওইনা পাম্বদু মচিন-মনাওগী ওইনা পামদ্রিবমখেমী অমনা ঈমান পুরক্তে।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

١٥٥- عن أنس قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم والذي نفسي بيده لا يؤمن عبد حتى يحب لأخيه ما يحب لنفسه.

(بخاری ومسلم)

১৫৬। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লমী- '' ঐনা অল্লাহবু পান্নদুনা ৱাশক্লি, মহাক ঈমান পুরক্তে; ঐনা অল্লাহবু পান্নদুনা ৱাশক্লি, মহাক ঈমান পুরক্তে; ঐনা অল্লাহবু পান্নদুনা ৱাশক্লি, মহাক ঈমান পুরক্তে। মঙোন্দা হংখি, ''হে অল্লাহগী রসুল। কনাবু ওইরবনো?'' পাউখুমখি,

١٥٦- عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم والله لا يؤمن والله لا يؤمن والله لا يؤمن قيل من يا رسول الله قال الذي لا يأمن جاره

"যুম্রোম্নববু মাংনবা তৌবা ফত্তবা মীদুনি ঈমান পুরক্লিবসি।" (মুসলিম)

لنفسه. (مسلم)

১৫৭। আ'ইশা অমসুং ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "যুম্রোম্নববু হক ফংবা মী ওইহন্নবা ঐনা খন্নবগীদমক জিব্রীলনা ঐঙোন্দা যুম্রোম্নববু ঙাক-শেন্নীনবা শিন্নরম্মী।"
(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٥٧) عن عائشة وابن عمر عن النبي صلى الله عليه وسلم قال ما زال جبريل يوصيني بالجار حتى ظننت أنه سيورثه.
(بخاري ومسلم)

১৫৮। জরীর ইবন অব্দুল্লাহনা হায়রম্মী-"নমাজ পাংথোকপা, জকাৎ পীবা (লাইরবগী লন্দোন পীবা) অমসুং মুসলিম খুদিংমক্তা চুম্না তৌগদবনি হায়বসিদা অল্লাহগী রসুল(ছ)বু ঐনা বাশক্লুনা সমর্থন তৌজে।"
(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٥٨) عن جرير بن عبد الله قال بايعت رسول الله صلى الله عليه وسلم على إقام الصلاة وإيتاء الزكاة والنصح لكل مسلم. (بخاري ومسلم)

১৫৯। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী "থৌজালহৈবা মখোয়দা চাম্নীহৈবা মহাক্না (মপুনা) থৌজাল উৎপী। পৃথ্বীথক্তা লৈবা মখোয়দা নখোয়না থৌজাল উৎলবদি স্বর্গদা লৈবা মহাক্না (মপুনা) নখোয়দা থৌজাল উৎকনি।"
(অবু দাউদ অমসুং তিরমিজী)

(١٥٩) عن عبد الله بن عمرو قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم الراحمون يرحمهم الرحمن ارحموا من في الأرض يرحمكم من في السماء.
(ابو داود وترمذي)

১৬০। ইবন অববাসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী "ঐখোয়গী অঙাংশিংবু নুংশিদ্রবা, ঐখোয়গী অহলশিংবু ব্যেবহার তৌদ্রবা, অফবা পাউতাক পীদ্রবা অমদি ফত্তববু থিংনবা তৌদ্রবা মহাক্তি ঐখোয়গী ইরক্তগী নাত্তে।" (তিরমিজী)

(١٦٠) عن ابن عباس قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم ليس منا من لم يرحم صغيرنا ولم يوقر كبيرنا ويأمر بالمعروف وينه عن المنكر.
(ترمذي)

১৬১। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - "মুসলিমশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী ফবা য়ুমদি নিংথিনা লোয়নবীবা মমা-মপা লৈতবা (য়তীম) অমা য়াওবদুনি অদুগা মুসলিমশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী ফত্তবা য়ুমদি আথিনা লোয়নবীবা মমা-মপা লৈতবা (য়তীম) অমা য়াওবদুনি।" (ইবন মাজা)

عن أبي هريرة عن النبي صلى الله عليه وسلم قال خير بيت في المسلمين بيت فيه يتيم يحسن إليه وشر بيت في المسلمين بيت فيه يتيم يساء إليه
(ابن ماجه)

১৬২। ইবন অব্বাসনা হায়খি মদুদি মহাক্না তাখি অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়বা: মহাক্কী মনাক্তা লৈবা য়ুম্নোম্বনা মপুক লাম্না লৈরগা মপুক থম্না চারিবা মহাক অদু মু'মিন নত্তে।" (বৈহকী)

عن ابن عباس قال سمعت رسول الله صلى الله عليه وسلم يقول ليس المؤمن الذي يشبع وجاره جائع إلى جنبه
(بيهقي)

১৬৩। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "জীব পুম্নমক অল্লাহগী মচাশিংনি, অদুগা মচাশিংবু নিংথিনা লোয়নবা মখোয়বু অল্লাহনা খ্বাইদগী হেন্না নুংশি।" (বৈহকী)

عن أنس وعبد الله قالا قال رسول الله صلى الله عليه وسلم الخلق عيال الله فأحب الخلق إلى الله من أحسن إلى عياله
(بيهقي)

১৬৪। অবু হুরৈরানা হায়রম্মী মদুদি নিপা অমনা নবী(ছ)দা থম্মোয় কন্বগী মরমদা বাকৎলম্মী। মহাক্না (হজরতনা) হায়বিখি, "মমা-মপা লৈতবা মীগী মকোক্তা নানবীয়ু অমসুং লায়রবা মীবু পীজবীয়ু।" (অহমদ)

عن أبي هريرة أن رجلا شكا إلى النبي صلى الله عليه وسلم قسوة قلبه فقال امسح رأس اليتيم وأطعم المسكين
(أحمد)

## মীতুংদা লান্না ঙাংবা অমসুং চিরোন তৌবদগী চেকশিগদবা

## حفظ اللسان والغيبة والشتم

১৬৫। সহল বিন সঅদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "কনাগুম্বনা মাগী থয়াৎ অনিগী মরক্তা লৈরিবদু

عن سهل بن سعد قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من يضمن لي

অমসুং লোঙ অনিগী মরক্তা লৈরিবদুগী দায়ত্ত্য ঐঙোম্দা পীরবদি ( হায়বদি, কত্তবা ঙাংদবা অমসুং জিনা তৌত্রবদি) ঐনা মাগীদমক স্বর্গগী দায়ত্ত্য ওইগনি।"

(বুখারী)

مثقال حبة من خردل من كبر
الا الجنة
(بخاري)

১৬৬। অব্দুল্লাহ বিন মসউদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- "মুসলিম অমবু চৈ-থাংবদি অল্লাহগী হায়বা ইন্দবনি অদুগা মাগা যুল্লবদি ধর্ম লৈতবনি।"

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٦٦) عن عبد الله بن مسعود قال قال
رسول الله صلى الله عليه وسلم سباب
المسلم فسوق وقتاله كفر.
(بخاري ومسلم)

১৬৭। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- "তশেংনা অচুম্বা ঙাংবা মীগীদমক্তি উশিত্তনা ঙাংবা পকচদে।" (মুসলিম)

عن أبي هريرة أن رسول الله صلى الله
عليه وسلم قال لا ينبغي لصديق أن
يكون لعانا.
(مسلم)

১৬৮। হুজৈফানা হায়রম্মী মদুদি মহাক্না তাখি অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়বা, "চিরোন তৌবা মী স্বর্গ চংলোইদ্রে।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٦٨) عن حذيفة قال سمعت رسول
الله صلى الله عليه وسلم يقول لا يدخل
الجنة قتات.
(بخاري ومسلم)

১৬৯। অব্দুল্লাহ বিন মসউদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- "অচুম্ববু চেৎনা পাইয়ু; মরমদি অচুম্বনা অফবা থবক্তা লমজীংই অমসুং অফবা থবক্না অফবা তৌবা মীবু স্বর্গদা লমজীংই; অদুগা নমথাক তৌবদি ফত্তবনি অমসুং ফত্তবনা নরক্কী মাইকৈদা লমজীংই।"

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٦٩) عن عبد الله بن مسعود قال قال
رسول الله صلى الله عليه وسلم عليكم
بالصدق فإن الصدق يهدي إلى البر
وإن البر يهدي إلى الجنة وإن الكذب
فجور وإن الفجور يهدي إلى النار (مسلم)

১৭০। উম্মে কুলসুমনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী-"মীশিংগী মরক্তা অচুম্বা তৌবা, অফবা হায়বা

(١٧٠) عن أم كلثوم قالت قال رسول الله

অমসুং অকনবু যাংনা থাজংগা মীবা নমথাক লৈতে।"
(বুখারী অমসুং মুসলিম)

صلى الله عليه وسلم ليس الكذاب الذي يصلح بين الناس ويقول خيرا وينمي خيرا
(متفق عليه)

১৭১। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- "করি পোৎনা অয়াম্বা মীশিংবু স্বর্গ চংহনবগে হায়বা নখোয় খংব্রা? মদু অল্লাহবু কিবা অমসুং অফবা লমচৎনি। করি পোৎনা অয়াম্বা মীশিংবু নরকতা চংহনবগে হায়বা নখোয় খংব্রা? মদু অহোবা পোৎ অনিনি: চীন অমসুং ফিসুংগী হকচাং।"
(তিরমিজী অমসুং ইবন মাজা)

(١٧١) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم أتدرون ما أكثر ما يدخل الناس الجنة تقوى الله وحسن الخلق أتدرون ما أكثر ما يدخل الناس النار الأجوفان الفم والفرج
(ترمذي وابن ماجه)

১৭২। মপাবুংগী অথিকারদা বহজবিন হকিমনা হায়রম্মী মদুদি মবুবোক্না অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- "মীশিংবু নোকহন্নবা ওইদবা ঙাংলিবা মী অদু মাংলসনু। মহাক মাংলসনু। মহাক মাংলসনু।"
(অহমদ, তিরমিজী, অবু দাঊদ অমসুং দারিমী)

(١٧٢) عن بهز بن حكيم عن أبيه عن جده قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم ويل لمن يحدث ليضحك به القوم ويل له ويل له.
(احمد-ترمذي-ابوداؤد ودارمي)

১৭৩। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- "তুমিন্না লৈবা মহাক্তি তেক্ত-কাইদ্রবনি।"
(অহমদ, তিরমিজী অমসুং দারিমী)

(١٧٣) عن عبد الله بن عمرو قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من صمت نجا.
(احمد-ترمذي ودارمي)

১৭৪। সুফয়ান বিন অব্দুল্লাহ অসসকফীনা হংখিবদু অসুম্না পাউদম্লম্মী- "হে অল্লাহগী রসুল। ঐঙোন্দা খ্বাইদগী কিগদবসি করিনো?"

(١٧٤) عن سفيان بن عبد الله الثقفي قال قلت يا رسول الله ما أخوف ما تخاف علي

মহাক্তুহ (হজরতনা) মগ্যাগী লৈ পাইরগা হায়খি, "মসিনি।" (তিরমিজী)

قَالَ فَأَخَذَ بِلِسَانِهِ وَقَالَ هٰذَا (ترمذی)

১৭৫। ইবন মসউদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "ঐগা লোয়নবশিংগী মনুংদা কনা অমতনা কনাগুম্বা অমগী মরমদা করিগুম্বা (ফত্তবা) অমত্তা হায়রোইদবনি, মরমদি ঐনা নখোয়গী নাক্তা মলোম (ফত্তনা খম্বা) য়াওদনা থোক্লকপা পাম্মই।" (অবু দাউদ)

(١٧٥) عَنِ ابْنِ مَسْعُودٍ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللّٰهِ صَلَّى اللّٰهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ لَا يُبَلِّغُنِي أَحَدٌ مِنْ أَصْحَابِي عَنْ أَحَدٍ شَيْئًا فَإِنِّي أُحِبُّ أَنْ أَخْرُجَ إِلَيْكُمْ وَأَنَا سَلِيمُ الصَّدْرِ. (ابوداود)

১৭৬। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "পৌনা ঙাংবনা চোম্না য়াওদবা লৈতে, অদুগা খোংনা ঙাংবনা শুমহৎনিঙাই ওইদবা লৈতে।" (তিরমিজী)

(١٧٦) عَنْ أَنَسٍ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللّٰهِ صَلَّى اللّٰهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ مَا كَانَ الْفُحْشُ فِي شَيْءٍ إِلَّا شَانَهُ وَمَا كَانَ الْحَيَاءُ فِي شَيْءٍ إِلَّا زَانَهُ. (ترمذی)

১৭৭। বাসিলানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "নচিন-ননাওগী লাইবক থিবদা হরাওবা ফোংদোক্কনু, মরমদি মঙোন্দা অল্লাহগী থৌজাল উৎলকপা অমসুং নঙোন্দা লাইবক থিবা ওইগনি।" (তিরমিজী)

(١٧٧) عَنْ وَاثِلَةَ قَالَ قَالَ رَسُولُ اللّٰهِ صَلَّى اللّٰهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ لَا تُظْهِرِ الشَّمَاتَةَ لِأَخِيكَ فَيَرْحَمَهُ اللّٰهُ وَيَبْتَلِيكَ. (ترمذی)

১৭৮। উবাদা বিন অসসমিতনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "নখোয়না পোৎলম তরুক্তা নশাগী দায়ত্য ঐঙোন্দা পীরবদি ঐনা নখোয়দা স্বর্গগী দায়ত্য পীগনি। মখোয়শিংদুদি: নখোয়না বা ঙাংবদা চুম্না ঙাংউ, নখোয়না বাশকপবু ঙাক্লা চৎলু, নখোয়দা থাজনা থম্বা পোৎ মপুং ফানা চুম্না তৌ; নখোয়গী ফিম্নুংগী হাকচাং চেকশিন্না থম্মু (লাম্না য়ুম্বান লিচৎ চৎকনু) নমিৎ লুক্লা য়েংউ অমসুং অরাম্বদগী নখুৎ হন্দোকউ।" (বৈহকী)

(١٧٨) عَنْ عُبَادَةَ بْنِ الصَّامِتِ أَنَّ النَّبِيَّ صَلَّى اللّٰهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ قَالَ اضْمَنُوا لِي سِتًّا مِنْ أَنْفُسِكُمْ أَضْمَنْ لَكُمُ الْجَنَّةَ اصْدُقُوا إِذَا حَدَّثْتُمْ وَأَوْفُوا إِذَا وَعَدْتُمْ وَأَدُّوا إِذَا اؤْتُمِنْتُمْ وَاحْفَظُوا فُرُوجَكُمْ وَغُضُّوا أَبْصَارَكُمْ وَكُفُّوا أَيْدِيَكُمْ. (بیهقی)

## চাওখোকপা অমসুং মীচং-চংবা

## المفاخرة والعصبية

১৭৯। অবু হুরেরানা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)দা হংখি-"মীওইবশিংগী মরক্তা কনাবু খ্বাইদগী য়েক্তা ইকাই খুম্মনিঙাই ওইবগে?" মহাক্না (হজরতনা) পাউখুম্মীখি, "অল্লাহগী মমাংদা খ্বাইদগী ইকাই-খুম্মনিঙাই ওইবা মীদি খ্বাইদগী ধর্ম লৈবা মীনি।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

١٧٩- عن أبي هريرة قال: سئل رسول الله صلى الله عليه وسلم أي الناس أكرم؟ قال: أكرمهم عند الله أتقاهم. (البخاري ومسلم)

১৮০। ওমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- মরয়মগী মচানিপাবু খৃষ্টিয়ানশিংনা বাংনা থাগৎপগুম ঐবু থাগৎপীগনু। ঐদি মহাক্কী (অল্লাহগী) মনাইখক্তমক ওইবনি, মরম অসিনা হায়য়ু: অল্লাহগী মনাই অমসুং মহাক্কী পাউমী।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

١٨٠- عن عمر قال: قال رسول الله صلى الله عليه وسلم: لا تطروني كما أطرت النصارى ابن مريم فإنما أنا عبده فقولوا عبد الله ورسوله. (البخاري ومسلم)

১৮১। ইয়াদ বিন হিমার অল মুজাশীনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- "তশেংবমক অল্লাহনা ঐঙোন্দা থারিকই (ফোংদোকপীরকই) মদুদি অমনা অমদা চাওখোকপা অমসুং অমনা অমবু ওৎ-নৈবা তৌদনবা নখোয় নোম্লুক্কদবনি।" (মুসলিম)

١٨١- عن عياض بن حمار المجاشعي أن رسول الله صلى الله عليه وسلم قال: إن الله أوحى إلي أن تواضعوا حتى لا يفخر أحد على أحد ولا يبغي أحد على أحد. (مسلم)

১৮২। ৱাসিলা বিন অল-অসকানা হায়রম্মী মদুদি মহাক্না হংখি,-"হে অল্লাহগী রসুল। মীচং চংবা হায়বসি করিনো?" পাউখুম্মীরকখি, "নঙগী মী কাঙলুপ্তা অরাবা তৌবদা নঙনা তেংবাংবা অদুনি।" (অবু দাউদ)

١٨٢- عن واثلة بن الأسقع قال: قلت: يا رسول الله ما العصبية؟ قال: أن تعين قومك على الظلم. (أبو داود)

## মরুপকী লীপুন য়াংহন্বা অমসুং ককথৎপা

## التهاجر والتقاطع

১৮৩। অবু ঐয়ুব অল অনসারীনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুন্না পাউদম্লম্মী - "নিপা অমনা মহাক্কী মচিন-মনাওদগী নুমিৎ হুমনিদগী হেন্না খাইদোক্তুনা লৈবা (চংনদদুনা লৈবা) য়াদে- উনবদা অমনসু অমনসু মায় লৈথোক্লদুনা লৈবা। অনিদুগী মরক্তা হেন্না ফবদি হান্না সলাম তৌরকপা মীদুনি।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٨٣) عن أبي أيوب الأنصاري قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لا يحل للرجل أن يهجر أخاه فوق ثلاث ليال يلتقيان فيعرض هذا ويعرض هذا وخيرهما الذي يبدأ بالسلام. (بخاري ومسلم)

১৮৪। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুন্না পাউদম্লম্মী- " কল্লকপা থাদোকউ, মরমদি মৈনা শীঙবু চাথোকপগুম কল্লকপনা অফবা থবকশিংবু পুন্না চাথোকই।" (অবু দাউদ)

(١٨٤) عن أبي هريرة عن النبي صلى الله عليه وسلم قال إياكم والحسد فإن الحسد يأكل الحسنات كما تأكل النار الحطب. (أبو داود)

১৮৫। অবু বকর অসসিদ্দীকনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুন্না পাউদম্লম্মী-"মু'মিন অমবু মাংনবা তৌবা নত্রগা মাবু নমথাক তৌবা মীদু শিরাপ তৌরবনি।" (তিরমিজী)

(١٨٥) عن أبي بكر الصديق قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم ملعون من ضار مؤمنا أو مكر به. (ترمذي)

১৮৬। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুন্না পাউদম্লম্মী-"অফবা খাথল খনবনা অফবা ইবাদৎকী (মপুবু লাৎপগী) শরুক অমা ওই।" (অহমদ)

(١٨٦) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم حسن الظن من حسن العبادة. (أحمد)

## ঈংতপ্পা, ঈকাই খঙবা অমসুং অফবা লমচৎ

## الرفق و الحياء و حسن الخلق

১৮৭। জরীরনা নবী(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী - "ঈংতপ্পা য়াওদবা মীদি অফবা য়াওদ্রবনি।"

(মুসলিম)

١٨٧ـ عن جرير عن النبي صلى الله عليه وسلم قال من يحرم الرفق يحرم الخير (مسلم)

১৮৮। অন নব্বাস বিন সমআননা হায়রম্মী মদুদি মহাক্না অল্লাহগী রসুল(ছ)দা চুম্না ফবা অমসুং পাপকী মরমদা হংলম্মী। মদুদা মহাক্না পাউখুম্মীখি- " চুম্না ফবদি অফবা লমচৎনি অদুগা পাপতি নঙগী থম্মোয়দা কোইচৎ চত্তুনা লৈবা অমসুং মদুগী মরম্না নঙনা মীশিংবু খঙবা পামদবা অদুনি।"

(মুসলিম)

١٨٨ـ عن النواس بن سمعان قال سألت رسول الله صلى الله عليه وسلم عن البر والإثم فقال البر حسن الخلق والإثم ما حاك في صدرك وكرهت أن يطلع عليه الناس (مسلم)

১৮৯। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- "নখোয়গী নরক্তা খ্বাইদগী ফবদি খ্বাইদগী ফজবা লমচৎ চৎপা মীদুনি।"

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

١٨٩ـ عن عبد الله بن عمرو قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم إن من خياركم أحسنكم أخلاقا (بخاري ومسلم)

১৯০। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- "ঈকাই খঙবদি ঈমানগী ( অল্লাহ অমসুং রসুলবু থাজবগী) শরুক অমনি অমসুং ঈমানদি স্বর্গদা লৈ, তৌইগুম্বসুং ঙকচাও থেকপদি থম্মোয় কম্বগী শরুক অমনি অমসুং থম্মোয় কম্বদি নরক্তা লৈ।"

(অহমদ অমসুং তিরমিজী)

١٩٠ـ عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم الحياء من الإيمان والإيمان في الجنة والبذاء من الجفاء والجفاء في النار (احمد وترمذي)

১৯১। মালিকনা হায়খি মদুদি মহাক্না তাখি অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়খিবা -

١٩١ـ عن مالك بلغه أن رسول الله صلى

''ঐবু অকবা লমচৎ মপুং ফাহন্নবা থাবিরকপনি।''

(মুৱত্তা অমসুং অহমদ)

الله عليه وسلم قال بعثت لأتمم حسن
الأخلاق. (موطا وأحمد)

১৯২। আ'ইশানা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হেক হেক হায়রম্মী- ''হে অল্লাহ! নহাক্না ঐগী শক্তম্বু ফজনা শেম্বীরকপগুম ঐগী লমচৎপু ফজহন্বীয়ু।''

(অহমদ)

(١٩٢) عن عائشة قالت كان رسول الله
صلى الله عليه وسلم يقول اللهم كما حسنت خلقي
فأحسن خلقي. (أحمد)

১৯৩। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী-''খ্বাইদগী মপুং ফাবা ঈমান লৈবা মু'মিনশিংদি খ্বাইদগী ফজবা লমচৎ চৎপা মথোয়শিংদুনি।''

(অবু দাউদ অমসুংদারিমী)

(١٩٣) عن أبي هريرة قال قال رسول الله
صلى الله عليه وسلم أكمل المؤمنين
إيمانا أحسنهم خلقا.
(أبوداود والدارمي)

## মীশিংদা থৌজানহৈবা অমসুং নুংশিহৈবা

## الشفقة والرحمة على الخلق

১৯৪। জরীর ইবন অব্দুল্লাহনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী-''মীশিংবু নুংশিহৈবা উত্তবা মঙোন্দা অল্লাহনা নুংশিহৈবা উৎলোই।''

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(١٩٤) عن جرير بن عبد الله قال قال رسول الله
صلى الله عليه وسلم لا يرحم الله من
لا يرحم الناس.
(البخاري ومسلم)

১৯৫। অনসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- ''কনাগুম্বনা নুপীমচা অনিবু মথোয়না চাওবা ফাওবা য়োকপীরবদি কিয়ামতকী নুমিত্তা ঐহাক অমসুং মহাক লাকমিন্নগনি মহাক্কী খুৎশাশিং তাইশিন্নবগুম্না।''

(মুসলিম)

(١٩٥) عن أنس قال قال رسول الله صلى
الله عليه وسلم من عال جاريتين حتى
تبلغا جاء يوم القيامة أنا وهو هكذا و
ضم أصابعه. (مسلم)

১৯৬। সহল বিন সত্মদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - ''মহাক্কী মরী-মতাগী ওইরবসু নত্রগা অতোপ্পগী ওইরবসু মমা-মপা লৈজদ্রবা মতীম অমগীদমক দায়ত্ব্য লৌবা মীদু ঐগা স্বর্গদা লৈমিন্নগনি-খুদোঙ্গীগা খুৎয়াইগগী মরক্কী মফম অসিমুক্তা থাপ্লগনি হায়না মহাক্না (হজরতনা) ঈঙ্গিৎ তৌখি।'' (বুখারী)

١٩٦ عن سهل بن سعد قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم أنا وكافل اليتيم له ولغيره في الجنة هكذا وأشار بالسبابة والوسطى وفرج بينهما شيئا. (بخاري)

১৯৭। অবু মুসানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - ''মু'মিনশিংদি মখোয় মশেল য়ুমগী মচাকশিং অমনা অমবু ঙাকলৌ পীনবগুম্বনি; অদুদগী মহাক্না (হজরতনা) মহাক্কী খুৎশাশিং খুরক চল্লম্মী।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

١٩٧ عن أبي موسى عن النبي صلى الله عليه وسلم قال المؤمن للمؤمن كالبنيان يشد بعضه بعضا ثم شبك بين أصابعه (بخاري ومسلم)

## অল্লাহগীদমক নুংশিবা

## الحب في الله

১৯৮। অবু মুসানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - ''অফবা নত্রগা ফত্তবা মরুপ্তি মনম নুংশিবা পোৎ পুবা অমা নত্রগা মৈকাম উতোংশিংদা কাম্বা অমগুম্বনি। মনম নুংশিবা পোৎ পুবদুনা নঙোন্দা খব পীরকপা য়াই, নত্রগা নঙনা মঙোন্দগী খব লৈবা য়াই, নত্রগা নঙনা মঙোন্দগী মনম খর ফাওবা য়াই; তৌইগুম্বসুং মৈকাম উতোংদা কাম্বা মী অদুনদি নহাক্কী ফি-রোল চাকহ্বা য়াই, নত্রগা নঙনা মঙোন্দগী ফত্তবা মনম ফাওবা য়াই।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

١٩٨ عن أبي موسى قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم مثل الجليس الصالح والسوء كحامل المسك ونافخ الكير فحامل المسك إما أن يحذيك وإما أن تبتاع منه وإما أن تجد منه ريحا طيبة ونافخ الكير إما أن يحرق ثيابك وإما أن تجد منه ريحا خبيثة. (بخاري ومسلم)

১৯৯। অবু জরনা হায়খি: অল্লাহগী রসুল(ছ)না ঐখোয়গী ইনাক্তা থোরক্তুনা হায়রিখি, ''করম্বা থবকপু অল্লাহ অচৌবনা

١٩٩ عن أبي ذر قال خرج علينا رسول الله

খাইদগী নুংশিবগে হায়বা নথোম খঙব্রা ?'' মী অমনা নমাজ অমসুং জাকাৎনি হায়খি, অদুগা অতোপ্পা অমনা ধর্মগী লান্নি হায়খি। নবী(ছ)না হায়রিখি, ''অল্লাহ অচৌবনা খাইদগী নুংশিবা থবক্তি অল্লাহগীদমক নুংশিবা অমসুং অল্লাহগীদমক তুক্কচবা অদুনি।'' (অহমদ)

صلى الله عليه وسلم قال أتدرون أي الأعمال أحب إلى الله تعالى قال قائل الصلاة والزكاة وقال قائل الجهاد قال النبي صلى الله عليه وسلم إن أحب الأعمال إلى الله تعالى الحب في الله والبغض في الله۔ (احمد)

২০০। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- ''মুসলিম অমনা মহাক্কী মচিন-মনাওবু উনবা লাকপা মতমদা অল্লাহ্ অচৌবনা হায়: নহাক নুঙাইরবনি, নহাক্কী খোংচৎ নুঙাইরবনি অমসুং নহাক স্বর্গগী য়ুম অমদা লাক্লগনি।'' (তিরমিজী)

(٢٠٠) عن أبي هريرة أن النبي صلى الله عليه وسلم قال إذا عاد المسلم أخاه أو زاره قال الله تعالى طبت وطاب ممشاك وتبوأت من الجنة منزلا۔ (ترمذي)

২০১। অবু উমামানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- ''মী অমনা অতোপ্পা অমবু অল্লাহগীদমক নুংশিবদা মহাক্কী মপু অচৌবা ইজ্জৎ লৈবনা মহাকপু ফজবা ব্যেবহার তৌবিবা য়াওদবা লৈতে।'' (অহমদ)

(٢٠١) عن أبي أمامة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم ما أحب عبد عبدا إلا أكرمه ربه عز وجل۔ (احمد)

## থবক্তা চেকশিন্না খল্লগা পাংথোকপা

## الحلم والتأني في الأمور

২০২। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- ''মু'মিনদি মখুল অমতদগী অনিরক চিকপা ওইদে।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٢٠٢) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لا يلدغ المؤمن من جحر واحد مرتين۔ (بخاري ومسلم)

২০৩। ইবন অব্বাসনা অব্দল কৈসগী অশাজদা নবী(ছ)না হায়খিবনু অসুম্না পাউদম্রম্মী - "অল্লাহনা পাম্বা নওগী লমচৎ অনি লৈ: পুকচেল তম্না অমসুং চেকশিন্না খল্লগা থবক তৌবা।" (মুসলিম)

٢٠٣ عَنِ ابْنِ عَبَّاسٍ أَنَّ النَّبِيَّ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ قَالَ لِأَشَجِّ عَبْدِ الْقَيْسِ إِنَّ فِيْكَ لَخَصْلَتَيْنِ يُحِبُّهُمَا اللهُ الْحِلْمُ وَالْأَنَاةُ.
(مسلم)

২০৪। অবু সইদনা অল্লাহগী রসূল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "মীনুংশি লৈবা মী খুদি থিদবা লৈতে অমসুং চাংয়েংগী লৌশিং ম্নাওদবা অশিংবা মী লৈতে।" (অহমদ অমসুং তিরমিজী)

٢٠٤ عَنْ أَبِيْ سَعِيْدٍ قَالَ قَالَ رَسُوْلُ اللهِ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ لَا حَلِيْمَ إِلَّا ذُوْ عَثْرَةٍ وَّ لَا حَكِيْمَ إِلَّا ذُوْ تَجْرِبَةٍ.
(احمد والترمذي)

২০৫। অনসনা হায়রম্মী মদুদি নিপা অমনা নবী(ছ)দা পাউতাক খর পীবিনবা হঙৎলম্মী। অদুদগী মহাক্না (হজরতনা) হায়বিখি, "হিরম অমনা করি থোক্লক্কদগে হায়বা মুম্না খল্লু, অদুদগী নওনা মদুদগী অফবা থোক্লক্কনি খল্লবদি মদু পাংথোক্লো, তৌইগুম্বসুং নওনা লম্মুক্লগনি হায়না কিরবদি হান্দোকউ।" (শরহ অস সুন্ন)

٢٠٥ عَنْ أَنَسٍ أَنَّ رَجُلًا قَالَ لِلنَّبِيِّ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ أَوْصِنِيْ فَقَالَ خُذِ الْأَمْرَ بِالتَّدْبِيْرِ فَإِنْ رَأَيْتَ فِيْ عَاقِبَتِهِ خَيْرًا فَأَمْضِهِ وَإِنْ خِفْتَ غَيًّا فَأَمْسِكْ.
(شرح السنة)

২০৬। ইবন অব্বাসনা নবী(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "থবক তৌবগী অফবা হিরম, লমচৎকী অফবা মওং অমসুং মরম চানা ওমথেগী মনুংদা লৈবসি তুংদা থোক্লক্কদবা হায়বগী শরুক কুনমরিনি।" (অবু দাউদ)

٢٠٦ عَنِ ابْنِ عَبَّاسٍ أَنَّ النَّبِيَّ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ قَالَ إِنَّ الْهَدْيَ الصَّالِحَ وَالسَّمْتَ الصَّالِحَ وَالْاِقْتِصَادَ جُزْءٌ مِّنْ أَرْبَعٍ وَّعِشْرِيْنَ جُزْءًا مِّنَ النُّبُوَّةِ. (ابوداؤد)

২০৭। জাবির বিন অব্দুল্লাহনা নবী(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী-

٢٠٧ عَنْ جَابِرِ بْنِ عَبْدِ اللهِ عَنِ النَّبِيِّ صَلَّى اللهُ عَلَيْهِ وَسَلَّمَ قَالَ إِذَا حَدَّثَ

নিপা অমনা করিগুম্না খন্না হায়রগা পাংথোক্রবদি মদুদা অচেৎপা থাজবা লৈ।'' (তিরমিজী অমসুং অবু দাউদ)

# লায়রবগী অফবা গুন অমসুং নবী(ছ)গী জীবিকা

فضل الفقراء وما كان من عيش النبي صلى الله عليه وسلم

২০৮। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- ''নখোয়গী মনুংদা কনাগুম্বনা মওোন্দগী লনথুমদা অমসুং শক্তমদা হেন্না কনাগুম্না অমবু য়েংবা মতমদা মহাক্না মওোন্দগী হন্থবা কনাগুম্না অমবু য়েংবা তাই।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

২০৯। অবু দরদানা নবী(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- ''নখোয়গী অশোম্বশিংগী মনুংদা ঐবু থিয়ু, মরমদি নখোয়গী অশোম্বশিং লৈবনা মরম ওইদুনা নখোয়দা চানবা পোৎ নত্রগা মতেং পীবি।'' (অবু দাউদ)

২১০। আলিনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- ''কনাগুম্বনা অল্লাহগী মায়কৈদগী চানবা পোৎ খজিকপু পেল্লবদি মওোন্দগী অফবা থবক খজিকপু অল্লাহনা পেনবিগনি।'' (বৈহকী)

২১১। ইমরান বিন হুসেননা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী-''অল্লাহনা মহাক্কী লায়রবা মু'মিন মনাইবু নুংশি,

মহাক্তী মচানিং লৈরবসু ভিকা থীবা তোক্রবনি।''

(ইবন মাজা)

[illegible]

ابن ماجه

২১২। আ'ইশানা হায়রম্মী মদুদি আল্লাহগী রসুল(ছ) লোজাখিবা ফাওবদা মুহম্মদকী ইমুং মনুংগী নুমিৎ নিনি থংননা পুক থম্না চানবা বার্লি তল মতিক চানা লৈরমদে।''

(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(২১২) عن عائشة قالت ما شبع آل محمد من خبز الشعير يومين متتابعين حتى قبض رسول الله صلى الله عليه وسلم

بخاري ومسلم

২১৩। অনসনা হায়রম্মী মদুদি নবী (ছ)না হায়খি, '' হো অল্লাহ! লায়রনা ঐবু পুন্সি লেনহনবীয়ু, লায়র-লায়রনা ঐবু শিহনবীয়ু অমসুং লায়রবশিংগী কাঙলুপ্তা ঐবু হোঁগৎহনবীয়ু।'' (তিরমিজী অমসুং বৈহকী)

(২১৩) عن أنس أن النبي صلى الله عليه وسلم قال اللهم أحيني مسكينا وأمتني مسكينا واحشرني في زمرة المساكين.

ترمذي وبيهقي

২১৪। অবু জরনা হায়রম্মী : ঐগী মরুপ্না পোৎলম তরেৎ পাংথোক্লবা য়াথং পীরম্মী । লায়বববু নুংশিবা অমসুং মথোয়গা নক্লনা লৈনবা ঐঙোন্দা মানা য়াথংবিবম্মী; ঐগী ইথা তাববু খন্বীনবা অমসুং ঐগী ইথক থোংববু খন্দনবা মানা ঐঙোন্দা য়াথংবীবম্মী; মরী-মতানা লাপ্না লৈরবা ফাওবদা মরী-মতাগী লীপূন চেৎশিনহন্নবা মানা ঐঙোন্দা য়াথংবিরম্মী, করিগুম্বা অমদা হংলুদনবা মানা ঐঙোন্দা য়াথংবিরম্মী; মদুনা খারবা ফাওবদসু অচুম্বা ঙাংনবা মানা ঐঙোন্দা য়াথংবিরম্মী; কনাগুম্বনা ঐবু চৈ-থাংলবসু অল্লাহগীদমক কিন্দনবা মানা ঐঙোন্দা য়াথংবিরম্মী অমসুং মানা ঐঙোন্দা য়াথংবিরম্মী হন্না হন্না (তোইনা)

(২১৪) عن أبي ذر قال أمرني خليلي بسبع أمرني بحب المساكين والدنو منهم وأمرني أن أنظر إلى من هو دوني ولا أنظر إلى من هو فوقي وأمرني أن أصل الرحم وإن أدبرت وأمرني أن لا أسأل أحدا شيئا وأمرني أن أقول بالحق وإن كان مرا وأمرني أن لا أخاف في الله لومة لائم وأمرني أن أكثر من قول لا حول ولا قوة إلا بالله فإنهن من

হায়রকপা অসুম্না, "অল্লাহনা নত্তনা অগুম্না অমসুং পাজল করিসু লৈতে," মরমদি মাহাক্না য়েংশিংজি সিংহাসনগী(অল্লাহগী সিংহাসনগী) মখাদা লৈবা পুকেংগী শরকনি। (অহমদ)

تحت العرش. (احمد)

## আশা অমসুং মীহৌচাওবা (করাম্বা)

## الامل والحرص

২১৫। অনসনা নবী(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নখী- "আদমগী মচাদি অহল ওইরগা শোম্বরকই, তৌইগুম্বসুং পোৎ অনিদি মগোন্দা নহা ওইদুনা লৈ: লন-থুম করাম্বা অমসুং পুন্সি করাম্বা।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٢١٥) عن انس قال قال النبي صلى الله عليه وسلم يهرم ابن آدم ويشب منه اثنان الحرص على المال والحرص على العمر. (بخاري ومسلم)

২১৬। মপাবুংগী অধিকারদা অমর বিন শুএবনা হায়রম্মী মদুদি মবুবোক্না নবী(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নখী- "মীশিং অসিগী নুঙাই-য়াইফবগী ফল পুরকপা অহানবা পোত্তি অচেৎপা থাজবা অমসুং ধর্ম্মগীদমক হাকচাংগী নুঙাইবা থাদোকপনি, অদুগা লন থোকহনবগী ফল পুরকপা অহানবা পোত্তি অরিকপা অমসুং আশানি (কান্নদবা আশানি)।" (বৈহকী)

(٢١٦) وعن عمرو بن شعيب عن ابيه عن جده عن النبي صلى الله عليه وسلم قال صلاح اول هذه الامة اليقين والزهد ويهلك آخرها البخل والامل. (بيهقي)

২১৭। সঅদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নখী- "অল্লাহনা অরোম্বা ধর্ম চেনবা (লোম্না অফবা তৌবা) ইনাকখুন্নবু নুংশি।" (মুসলিম)

(٢١٧) عن سعد قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم ان الله يحب العبد التقي الغني الخفي. (مسلم)

## মতাৎ তৌবা অমসুং দরকার লৈতনা উৎথোকপা

## الرياء والسمعة

২১৮। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নখী-

(٢١٨) عن ابي هريرة قال قال رسول الله

"অল্লাহনা নখোয়গী শক্তমশিংবু অমসুং নখোয়গী লন-থুমশিংবু য়েংদে, তৌইশুবসুং মহাক্না নখোয়গী থম্মোয়শিং অমসুং নখোয়গী থবকশিংবু য়েংই।" (মুসলিম)

صلى الله عليه وسلم إن الله لا ينظر إلى صوركم
وأموالكم ولكن ينظر إلى قلوبكم وأعمالكم
مسلم

২১৯। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী-"অশেংনা মী অমনা অফবা মওংদা ফোঙনা অল্লাহবু লাংপা অমসুং অফবা মওংদা লোন্না লাংপা মতমদা অল্লাহ অচৌবনা হায়: মসি অশেংবা ঐগী ইনাইনি।" (ইবন মাজা)

٢١٩) عن أبي هريرة قال قال رسول الله
صلى الله عليه وسلم إن العبد إذا صلى
في العلانية فأحسن وصلى في السر
فأحسن قال الله تعالى هذا عبدي
حقا. (ابن ماجة)

## অশাওবা অমসুং নাপল

## الغضب والكبر

২২০। অবু হুরৈরানা হায়রম্মী মদুদি নিপা অমনা নবী(ছ)দা পাউতাক থর পীবিনবা হায়জরম্মী । মদুদা মহাক্না (হুজরতনা) হায়বিরম্মী, "শাওগনু!" নিপা অদুনা কয়ারক হান্না মদু হায়জবদা মহাক্না তাকপীখি, "শাওগনু।" (বুখারী)

٢٢٠) عن أبي هريرة أن رجلا قال للنبي
صلى الله عليه وسلم أوصني قال لا تغضب
فردد ذلك مرارا قال لا تغضب.
(بخاري)

২২১। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- "অকম্বা মীদি অফবা মন থেংনবা মীদু নত্তে, শাওরবা মতমদা মশানা মশাবু খুদুম চনশিন্না ওন্না মীদুখক অকল্বা মীনি।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

٢٢١) عن أبي هريرة قال قال رسول الله
صلى الله عليه وسلم ليس الشديد بالصرعة
إنما الشديد الذي يملك نفسه عند
الغضب. بخاري ومسلم

২২২। ইবন মসউদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী-"মশাগী থম্মোয়দা হঙ্গাম মরু অমগী চাংগা

٢٢٢) عن ابن مسعود قال قال رسول الله
صلى الله عليه وسلم لا يدخل النار أحد في

মান্নবা মপুবু থাজবা লৈবা মী অদু নরক্তা চংলোই অমসুং মণাগী থম্মোয়দা হজাম মরু অমগী চাংগা মান্নবা নাপল লৈবা মীদু স্বর্গ চংলোই।''

(মুসলিম)

قلبه مثقال حبة من خردل من ايمان ولا يدخل الجنة احد في قلبه حبة خردل من كبر (مسلم)

২২৩। অবু জরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- ''নখোয়গী মনুংদগী কনাগুম্বনা লেপ্লিঙেদা শাওরক্লবদি মহাক্না ফমথবা তাই। অশাওবনা মহাকপু খাদোক্লবদি ফরে, নত্রবদি মহাক হিপথবা তাই।''

(অহমদ অমসুং তিরমিজী)

(٢٢٣) عن ابي ذر ان رسول الله صلى الله عليه وسلم قال اذا غضب احدكم وهو قائم فليجلس فان ذهب عنه الغضب والا فليضطجع- (احمد والترمذي)

২২৪। অসমা বিনত উমেশনা হায়রম্মী মদুদি মহাক্না তাখি অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়বিখিবা, ''নাপল চাওবা অমসুং খোইচৎলবা (নবাংবা)অদুগা খ্বাইদগী চাওবা চীংলেম্ববু (মপুবু) কাওথোকপা মহাক্তি ফত্তবা মীনি।''

(তিরমিজী অমসুং বৈহকী)

(٢٢٤) عن اسماء بنت عميس قالت سمعت رسول الله صلى الله عليه وسلم يقول بئس العبد عبد تجبر واعتدى ونسي الجبار الاعلى (الترمذي والبيهقي)

২২৫। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী ইমরানগী মচা মুসা(অ)না অল্লাহদা হায়জখিববু অসুম্না পাউদম্নম্মী- ''ঐগী মপু! নহাক্কী নাক্তা ননাইশিংগী মনুংদা কনানা খ্বাইদগী চাওবগে?'' মপুনা হায়বিখি, ''শক্তি পাইরবা মতমদা ঙাকপিবা মহাক অদুনি।''

( বৈহকী)

(٢٢٥) عن ابي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم قال موسى بن عمران عليه السلام يا رب من اعز عبادك عندك قال من اذا قدر غفر- (بيهقي)

## অল্লাহবু থাজবা অমসুং খাঙবা কন্বা

## التوكل والصبر

২২৬। ইবন অববাসনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী- '' ঐগী মীশিংগী মনুংদা লিশিং হুম্ফু তরাদি

(٢٢٦) عن ابن عباس قال قال رسول الله

হিসাব লৌদনা স্বর্গ চংগনি। মখোয়শিংদুদি: যাদু মন্ত্র তৌদবা, পাক্ষী য়েংদনা তৌইগুবসুং মখোয়গী থাজবদি মখোয়গী মপুম্বা থম্মুনি।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

صلى الله عليه وسلم يدخل الجنة من امتي سبعون الفا بغير حساب هم الذين لا يسترقون ولا يتطيرون وعلى ربهم يتوكلون۔ (بخاري ومسلم)

২২৭। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- " অল্লাহবু চেংনা থাজবা মীনা গোন্না থাজবা মীদগী হেন্না ফৈ অমসুং অল্লাহনা হেন্না নুংশি । অফবা পুন্নমক্তা নঙোন্দা কান্নবা পীবদুবু মিহৌ, অল্লাহদা মতেং নিজৌ অমসুং অসুন্না তৌবদা শোঙমদ্রা তৌগনু।" (মুসলিম)

(٢٢٧) عن ابي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم المؤمن القوي خير واحب الى الله من المؤمن الضعيف وفي كل خير احرص على ما ينفعك واستعن بالله ولا تعجز۔ (مسلم)

২২৮। ইবন অববাসনা হায়রম্মী মদুদি নোংমা মহাক্না অল্লাহগী রসুল(ছ)গী তুংদা তোংদুনা চংপা মতমদা মহাক্না হায়বিখি, "অঙাং, নঙনা অল্লাহবু নিংলবদি মহাক্না (অল্লাহনা) নঙবু নিংবিগনি, নঙনা অল্লাহবু নিংলবদি নঙনা মহাকপু নমাজদা ফংগনি। নঙনা করিগুম্বা খরা নীজনিংবা মতমদা অল্লাহদা নীজৌ অমসুং নঙনা মতেং খিজনিংলবদি অল্লাহদা মতেং খীজৌ। খংউ মদুদি নঙগী কান্ননবা খর তৌননবগীদমক মীশিংনা পুনশিল্লবদি অল্লাহনা নঙগীদমক ইশিনবিখিবা অদুতমক মখোয়না নঙগী কান্ননবা তৌবা ঙমগনি, অদুগা মখোয়না নঙগী মাংননবা খর তৌগে হায়দুনা পুনশিল্লকপা তারবদি অল্লাহনা নঙগীদমক ইশিনবিখিবা অদুতমক মখোয়না তৌবা ঙমগনি।" (অহমদ অমসুং তিরমিজী)

(٢٢٨) عن ابن عباس قال كنت خلف رسول الله صلى الله عليه وسلم يوما فقال يا غلام احفظ الله يحفظك احفظ الله تجده تجاهك واذا سألت فاسأل الله واذا استعنت فاستعن بالله واعلم ان الامة لو اجتمعت على ان ينفعوك بشيء لم ينفعوك الا بشيء قد كتبه الله لك ولو اجتمعوا على ان يضروك بشيء لم يضروك الا بشيء قد كتبه الله عليك۔ (احمد وترمذي)

২২৯। অবু জরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - "ঐনা পদ্য অমা খঙই মদুদি মীশিংনা মদু খবক ওইনা পানশিল্লবদি মখোয়গীদমক ওক্রে: অল্লাহবু কিবা মী অদুগীদমক মহাক্না (অল্লাহনা) লম্বী অমা ফাংশিগনি অমসুং খল্লুদবা মফম্মদগী মঙোন্দা চীঞ্জাক পীবিগনি।"
(অহমদ, ইবন মাজা অমসুং দারিমী)

(٢٢٩) عن أبي ذر قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم قال إني لأعلم آية لو أخذ الناس بها لكفتهم «ومن يتق الله يجعل له مخرجا ويرزقه من حيث لا يحتسب»
(احمد، ابن ماجة، دارمي)

## ওৎপী - নৈবীবা

## الظلم

২৩০। অবু মুসানা অল্লাগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - "মীওৎপা মীবু মতম খজিক্তং পোথানবা অল্লাহনা পিবী, তৌইগুম্বসুং মযৈদা মহাকপু ফাববা মতমদা মহাকপু খক নাম্নোকহল্লোই।" (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٢٣٠) عن أبي موسى قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم إن الله ليملي للظالم حتى إذا أخذه لم يفلته.
(بخاري ومسلم)

২৩১। আলিনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী - "ওৎপীববা মীগী ঙাকপীনবা হায়জববু চেকশিল্লু, মবমদি মহাক্না মহাক্কী অশেংবা ফংফম থোকপদু অল্লাহ অচৌবদা নীজে অমসুং অল্লাহনা মহাক্কী অশেংবা ফংফম থোকপদু ফংবদা থিংবা তৌদে।" (বৈহকী)

(٢٣١) عن علي قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم إياك ودعوة المظلوم فإنما يسأل الله تعالى حقه وإن الله لا يمنع ذا حق حقه.
(بيهقي)

২৩২। ঔস বিন শুরজীলনা হায়বম্মী মদুদি মহাক্না তাথি অল্লাহগী রসুল(ছ)না অসুম্না হায়বা , "কনাগুম্বা অমনা মীওৎপনি হায়বা খঙন-খঙনা মহাক্কী পাঙ্গল কনখৎনবগীদমক মীওৎপগা চৎমিন্নরবদি মহাক ইসলামদগী মপাল লাম্না চৎলবনি।" (বৈহকী)

(٢٣٢) عن أوس بن شرحبيل أنه سمع رسول الله صلى الله عليه وسلم يقول من مشى مع ظالم ليقويه وهو يعلم أنه ظالم فقد خرج من الإسلام.
(بيهقي)

২৩৩। হুজেফানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্রম্মী- "নখোয় নশাগী বাখল যাওদনা, অতোপ্পা মীশিংনা নখোয়দা

(٢٣٣) عن حذيفة قال قال رسول الله

অফবা তৌরবদি নখোয়না মখোয়দা অফবা তৌগনি অমসুং মখোয়না লান্না তৌরবদি লান্না তৌগনি হায়বা মীশিং অদু ওইগনু, তৌইগুম্বসুং মীশিংনা অফবা তৌরবা অমসুং মখোয়না ফত্তবা তৌরবসু নখোয়দা লান্নবদি নখোয় নশামক অফবা তৌবগী হৈনবী থম্মু।'' (তিরমিজী)

صلى الله عليه وسلم لا تكونوا إمعة تقولون إن أحسن الناس أحسنا وإن ظلموا ظلمنا ولكن وطنوا أنفسكم إن أحسن الناس أن تحسنوا وإن أساؤوا فلا تظلموا. (ترمذي)

২৩৪। ইবন ওমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্ৰম্মী- '' মীওৎপনা কিয়ামতকী নুমিত্তা কা হেন্না মম্না খোকহনগনি।'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٢٣٤) عن ابن عمر أن النبي صلى الله عليه وسلم قال الظلم ظلمات يوم القيامة. (ترمذي)

২৩৫। অবু হুরৈরানা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্ৰম্মী- '' কনাগুম্বনা মচিন-মনাওগী মিংচত্তা নত্রগা অতোপ্পা পোত্তা শোকহন্বা অরান্বা তৌরবদি মদুগীদমক ওসিদা, মমাঙদা মহাক্না দিনার অমা নত্রগা দিরহম অমা ফংদ্রবসু ঙাকপীনবা হায়জগদবনি। করিগুম্বা মহাক্না অফবা থবকশিং তৌখ্রবদি মহাক্কী অরান্বা তৌখিবগী চাং অদু মখোয়দগী (অফবা থবকশিংদগী) খাইদোক্কনি, তৌইগুম্বসুং মহাক্না অফবা থবকশিং তৌখিদ্রবদি অতোপ্পগী ফত্তবা থবকশিংদগী লৌথোক্লগা মহাক্কী মথক্তা থাঙ্গৎপীগনি।'' (বুখারী)

(٢٣٥) عن أبي هريرة قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم من كانت له مظلمة لأخيه من عرضه أو شيء فليتحلله منه اليوم قبل أن لا يكون دينار ولا درهم إن كان له عمل صالح أخذ منه بقدر مظلمته وإن لم يكن له حسنات أخذ من سيئات صاحبه فحمل عليه. (بخاري)

## লংফৈ চৎপগী নিয়মশিং

## آداب السفر

২৩৬। অব্দুল্লাহ বিন অমরনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্ৰম্মী- '' করিগুম্বা মীশিংনা ঐনা খঙবশিগুম্না মথক্তা ওইবগী খুদোং থিবশিং খঙলম্রবদি শাদোংবা অমতনা

(٢٣٦) عن عبد الله بن عمر قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم لو يعلم الناس ما في الوحدة ما أعلم ما سار

অহিংদা নথক্তা লংফৈ চৎলগ্রোই।'' (বুখারী)

راكب بليل وحده (بخاري)

২৩৭। অনসনা হয়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না মহাক্কী ইমুং -মনুংদা অহিংগী মতমদা লাক্নমদে, তৌইগুম্বসুং অয়ুক নত্রগা নুংদাংবাইখক্তদা চংলমই।''
(বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٢٣٧) عن أنس قال كان رسول الله صلى الله عليه وسلم لا يطرق أهله ليلا وكان لا يدخل إلا غدوة أو عشية. (بخاري ومسلم)

২৩৮। কঅব বিন মালিকনা হয়রম্মী মদুদি নবী(ছ)না লংফৈদগী নুমিৎ য়ুংবা মমাং নুংখিলগী মতমদতা হেক হেক থুংলম্মী. অদুগা মহাক্না থুংলবা মতমদা অহান্বদা মসজিদতা চংলম্মী, মদুদা মহাক্না নমাজ রকঅত অনি শোল্লবা মতুংদা ভাবোকশিংগীদমক ফম্নম্মী। (বুখারী অমসুং মুসলিম)

(٢٣٨) عن كعب بن مالك قال كان النبي صلى الله عليه وسلم لا يقدم من سفر إلا نهارا في الضحى فإذا قدم بدأ بالمسجد فصلى فيه ركعتين ثم جلس فيه للناس (بخاري ومسلم)

২৩৯। জাবিরনা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না লংফৈ চৎপদা তুংদা হেক হেক চৎলমই অমসুং অশোন্ববু তেংবাংবীদুনা খেমজিল্লমই। মহাক্না কনাগুম্বা অমবু মহাক্কী তুংদা পুখৎলমই অমসুং পুম্নমক্কীদমক দুআ তৌরমই।
(অবু দাউদ)

(٢٣٩) عن جابر قال كان رسول الله صلى الله عليه وسلم يتخلف في المسير فيزجي الضعيف ويردف ويدعو لهم. (ابو داود)

২৪০। সহল বিন সঅদনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্নম্মী-''লংফৈ চৎপদা মীয়ামগী সেবা তৌবা মীনা মখোয়গী লুচিংবনি, অদুগা মখোয়বু সেবা তৌবিরিবা মঙোন্দগী সহিদ ওইবা নত্তনা মখোয়না করিগুম্বা থবক অমগীদমক মাঙ থংলোই।'' (বৈহকী)

(٢٤٠) عن سهل بن سعد قال قال رسول الله صلى الله عليه وسلم سيد القوم خادمهم في السفر فمن سبقهم بخدمة لم يسبقوه بعمل إلا الشهادة.

## নবী(ছ)গী লমচৎ — اخلاق النبي صلى الله عليه وسلم

২৪১। অনসনা হয়রম্মী: ঐনা নবী(ছ)বু চহি তরা সেবা তৌজরম্মী। মদুদা মহাক্না ঐঙোন্দা কৈদৌনুংদা অসুম্না হায়খিদে, ''ঈকাইবা খঙদবা।(তুক্কৎচনা ঙাংবা)করিগীদমক নঙনা মসি তৌরিবনো নত্রগা করিগীদমক নঙনা মসি তৌদ্রিবনো ?'' (বুখারী অমসুং মুসলিম)

٢٤١ـ عن أنس قال خدمت النبي صلى الله عليه وسلم عشر سنين فما قال لي أف ولا لم صنعت ولا ألا صنعت. (بخاري ومسلم)

২৪২। অনসনা হয়রম্মী: অল্লাহগী রসুল(ছ) খ্বাইদগী লমচৎ ফজবশিংগী মনুংদা অমা ওইরম্মী । নোংমা মহাক্না ঐবু করিগুম্বা অমা তৌননবা থারমই; মদুদা ঐনা হায়খি, ''ঐনা অল্লাহবু পল্লদুনা ৱাশক্নি মদুদি ঐ চৎলোই।'' তৌইগুম্বসুং ঐগী থম্মোয়দদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না ঐঙোন্দা য়াথংবিরিবদু তৌনবা চৎকে হায়বা ফাওরমই। মরম অসিনা ঐ থোক্লমই অমসুং লম্বীদা শান্নরম্বা নিপামচা খর থেংনরমই। ইখঙ খঙহৌদনা অল্লাহগী রসুল(ছ) মতম অদুদা লাক্লমই অমসুং ঐগী লেংজুম পাইদুনা ফারমই। ঐনা মঙোন্দা য়েংজরুবদা মহাক নোকখি। অদুদগী মহাক্না হায়বিখি, '' অঙাং অনস ! ঐনা নঙোন্দা হায়খিবদু নহাক চৎলুরব্রা?'' ঐনা হায়খি, ''ঐ চৎলিবনি, অল্লাহগী রসুল !'' (মুসলিম)

٢٤٢ـ عن أنس قال كان رسول الله صلى الله عليه وسلم من أحسن الناس خلقا فأرسلني يوما لحاجة فقلت والله لا أذهب وفي نفسي أن أذهب لما أمرني به رسول الله صلى الله عليه وسلم فخرجت حتى أمر على صبيان وهم يلعبون في السوق فإذا رسول الله صلى الله عليه وسلم قد قبض بقفاي من ورائي قال فنظرت إليه وهو يضحك فقال يا أنيس ذهبت حيث أمرتك قلت نعم أنا أذهب يا رسول الله. (مسلم)

২৪৩। জাবিরনা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)দা

٢٤٣ـ عن جابر قال ما سئل رسول الله صلى

করিগুম্বা পোৎ অমগীদমক হায়বদা নহাক্না কৈদৌঙেদসু "ওইগোক্তে" হায়বা লৈখিদে।" (বুখারী, মুসলিম)

الله عليه وسلم شيئا قط فقال لا.
(بخاري ومسلم)

২৪৪। অনসনা হায়রম্মী মদুদি নিপা অমনা নবী(ছ)দা চীঙ অনিগী মরক্কী তম্পাক থম্নবা হামেং পীবিনবা হায়রমই। মদুদা হায়রিবদুমক মহাক্না পীবিরম্মী। মহাক্না (নিপা অদুনা) মহাক্কী মী কাঙলুপ্তা চত্তুনা হায়খি, "ঐগী মীশিং। ইসলাম লৌ, মরমদি ঐনা অল্লাহ্ পল্লদুনা ৱাশক্লি মদুদি মুহম্মদনা অসুক্কী মতিক চাওবা খুদোল পীবিরে মদুদি লায়রবগী অকিবা লৈতরে।" (মুসলিম)

(٢٤٤) عن أنس أن رجلا سأل النبي صلى الله عليه وسلم غنما بين جبلين فأعطاه إياه فأتى قومه فقال أي قوم أسلموا فوالله إن محمدا ليعطي عطاء ما يخاف الفقر.
(مسلم)

২৪৫। অনসনা হায়রম্মী মদিনাগী মীশিংগী মীনাই নুপীশিংগী মনুংদগী অমনা অল্লাহগী রসুল(ছ)গী খুত্তা পায়খি অমসুং মহাকপু (হজরতপু) মহাক্কী অপাম্বা মফমদা পুখি। (হজরতকী চমজবা পুন্সিপু উৎপনি।) (বুখারী)

(٢٤٥) عن أنس قال كانت الأمة من إماء أهل المدينة لتأخذ بيد رسول الله صلى الله عليه وسلم فتنطلق به حيث شاءت.
(بخاري)

২৪৬। অনসনা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না কৈদৌঙেদসু লমচৎকা চানদবা ৱাহৈ শীজিন্নখিদে, শিরাপ অমসুং চৈ-থাংবা তৌখিদে। (বুখারী)

(٢٤٦) عن أنس قال لم يكن رسول الله صلى الله عليه وسلم فاحشا ولا لعانا ولا سبابا.
(بخاري)

২৪৭। অবু হুরৈরানা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)দা লাইয়াম লাৎপা অমবু শিরাপ তৌবিনবা হায়বদা মহাক্না (হজরতনা) হায়খি, "ঐহাক শিরাপ তৌননবা থারকপা নত্তে, তৌইগুম্বসুং ঐবু ঙাকপীহৈবা অমা ওইনা থারকখিবনি।" (মুসলিম)

(٢٤٧) عن أبي هريرة قال قيل يا رسول الله ادع على المشركين قال إني لم أبعث لعانا وإنما بعثت رحمة.
(مسلم)

২৪৮। অবু সঈদ খুদরীনা হায়রম্মী: নবী(ছ)দি মশাগী কাদা লৈবী লৈশাবীদগী হেন্না ঈকাই থীরম্মী (থোৎ নৌরমই), অদুগা

(٢٤٨) عن أبي سعيد الخدري قال كان النبي صلى الله عليه وسلم أشد حياء من

মহাক্না য়ানিংদবা পোৎ অমা উবা মতমদা ঐখোয়না মহাক্কী মাল্লখোংদগী ভগেংখদু খঙবা ওগ্রই।''
(বুখারী, মুসলিম)

لقد كان فى خدرها فاذا رأى شيئا يكرهه عرفناه فى وجهه -
(بخارى ومسلم)

২৪৯। অল-অসবদনা হায়রম্মী মদুদি আইশাদা নবী(ছ)না মহাক্কী য়ুমদা করি তৌবগে হংবদা মহাক্না খুমখি, ''মহাক (হজরত) ইমুং-মনুংগী মিহনা তৌদুনা লৈ, হায়বদি ইমুং-মনুংগী মীশিংগী সেবা তৌদুনা লৈ, অদুগা নমাজ মতম য়ৌরকপদা মহাক্না নমাজগীদমক মপান্দা থোকই।''
(বুখারী)

(২৪৯) عن الاسود سألت عائشة ما كان النبى صلى الله عليه وسلم يصنع فى بيته قالت كان يكون فى مهنة اهله تعنى خدمة اهله فاذا حضرت الصلوة خرج الى الصلوة -
(بخارى)

২৫০। আ'ইশানা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না মহাক্কী খোঙউপ ফোৎলম্মী, মহাক্কী ফিজোল তুরম্মী অমসুং নখোয়গী মনুংদা কনাগুম্বনা য়ুমদা তৌবগুম তৌরম্মী।
(তিরমিজী)

(২৫০) عن عائشة قالت كان رسول الله صلى الله عليه وسلم يخصف نعله ويخيط ثوبه ويعمل فى بيته كما يعمل احدكم فى بيته -
(ترمذى)

২৫১। অনসনা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না হয়েংগীদমক করিগুম্বা পোৎ অমা ফাওবা তুংশিন্দুনা থনমদে। (তিবমিজী)

(২৫১) عن انس ان رسول الله صلى الله عليه وسلم كان لا يدخر شيئا لغد -
(ترمذى)

২৫২। জাবির বিন সমুরানা হাযরম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)দি বা য়ান্না ঙাংবা তৌরমদে।
(শরহ অসসুন্ন)

(২৫২) عن جابر بن سمرة قال كان رسول الله صلى الله عليه وسلم طويل الصمت -
(شرح السنة)

২৫৩। '' অব্দুল্লাহ বিন অল হরিস বিন জজনা হায়রম্মী

(২৫৩) عن عبد الله بن الحارث بن جزء

মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী হেল্লা মোমোন নোকপা কনা অমতবু মহাক্কা উখিদে।'' (তিরমিজী)

[illegible]
[illegible] ترمذى

২৫৪। অনসনা হায়রম্মী মদুদি অল্লাহগী রসুল(ছ)না নিপা অমগা খুং শোক্কবা মতমদা নিপাদুনা খাদোক্ত্রিবা মখে মহাক্কা মখুং খাদোক্লমদে, অতোপ্পদুনা মমায় লৈখোকখিদ্রিবমখে মহাক্কা মায় লৈখোকখিদে অদুগা মহাক্কা ফম্মিন্নরিবা কনাগুম্বা অমগী মাংদা মহাক্কী খুকউ খন্না উখিদে। (তিরমিজী)

عن أنس رضي الله عنه قال قال لي رسول الله صلى الله عليه وسلم يا بني إن قدرت أن تصبح وتمسي ليس في قلبك غش لأحد فافعل ثم قال يا بني وذلك من سنتي ومن أحب سنتي فقد أحبني ومن أحبني كان معي في الجنة. ترمذى

২৫৫। অবু সঈদ অল খুদরীনা অল্লাহগী রসুল(ছ)দগী অসুম্না পাউদম্লম্মী- ''নাখোয়গী মনুংদা কনাগুম্বনা য়াফম খোক্তবা করিগুম্বা অমা উরবদি মহাক্কা মদু মখুৎনা ওন্থোক্কদবনি (হোংদোক্কদবনি), তৌইগুম্বসুং মহাক্কা মখুৎনা ঙমদ্রবদি মচিন্না (বাহৈনা) মদু তৌগদবনি অমসুং মদু ফাওবা ঙমদ্রবদি মহাক্কা থম্মোয়দা তৌগদবনি অদুগা মদুদি ঈমানগী (থাজবগী) খ্বাইদগী শোন্না মওংনি।'' (মুসলিম)

عن أبي سعيد الخدري رضي الله عنه عن رسول الله صلى الله عليه وسلم قال من رأى منكم منكرا فليغيره بيده فإن لم يستطع فبلسانه فإن لم يستطع فبقلبه وذلك أضعف الإيمان. مسلم

## লোয়রবা



*Available at:*

1. **Mustafa Book Depot, Masjid Road, Imphal.**
2. **Universal Book Store, Lilong Bazar.**